মরৈবাক্কী নিংতম্বা

ঙাক্রবা হোৎনবদা

মথ্লাই কৎগ্রবা

অচৌবশিংগী লম্ফমদা

—চন্দ্রমনি

# ৱাহৈ অমা অনিদং

১৩ আগষ্ট অসি অথোবশিংগী নীংশিং নুমিৎ কায়না য়াম্না চাগনা মনিপুরগী মফম পুম্নমক্তা পাঙথোক্লরে। মনিপুরদতা নত্তনা মনিপুরগী ৱাংমদা, ভারত অমদি বঙ্গালং দেশকী মনিপুরীশিংনা লৈবা মফম পুম্নমক্তা চাওনা পাঙথোক্লরে। মরম অসিনা নুমিৎ অসিগা মরি লৈনবা ৱারী-ৱাথোং মরিক চুম্না থঙনিংবগী অপাম্বা অম মীওই পুম্নমকী পুক্নিংদা ফাওরকই। বাফম অসিনা লাইরিক অসি ইরুনবগী য়ুম্ফম্নি। অদুবু য়াম্না হাথু হাথুনা ইথিবা লাইরিক ওইবনা; হায়নিংঙাই কয়া হায়হোৎবা ঙমখিদ্রে। শেম-দোক্লিংবা ৱাহৈ ৱাতা কয়া অমগুম শেম্বা নংহৌদ্রে। অদুম ওইনমক ইম্ফাল বুক হাউসকী প্রোপাইটার ঐগী মরুপ শ্রীসাপম কৃষ্ণমোহন সিংহনা প্রূপ পাবিজনা অমদি ৱাহৈ ৱাতা কয়া শেমদোকপিহনা লাইরিক অসি ওইহল্লিবনি। তেংবাংবিখিবশিং অসিগীদমক শ্রীকৃষ্ণমোহনবু ঐহাক্না থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি। তেনথবা মতমদা মথুমগী মওং য়েকপিরক-পগীদমক ইম্ফাল আর্টস কলেজগী প্রিনসিপাল শ্রী.থোইদিংজম তোম্বীবু থাগৎচরি লোয়ননা, ঐগী মরুপ শ্রীহুইরেম কৃষ্ণমোহনবু অথুবা নক্কনবা মথুমগী প্রোক শাবিরকপগীদমক থাগৎচরি।

পুম্নমক অসি লৈজরবত্ত অত্তেনবা মতম ওইবনা নম্বগী অরাবা অমা লৈথবনি। অদুবু গীতা প্রেসকী শ্রীআরঃ কেঃ সনাতোম্বা সিংহ অমদি অতৈ মীওইশিংনা কন্না হোৎনবিবদগী লাইরিক অসি মতম চানা পুথোকচবা ঙমজরিবনি। লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবদা ঐবু তেংবাং-বিখিবা মীওই পুম্নমকপু ঐহাক্না থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি।

পাৎসোই

তাং ১৩। ৮। ৮০ ইং,

চন্দ্রমনি লৈশাংথেম

ফাঙজবী :
অরিবম লিঙোল ডাঃ লীলাবতি দেবী

ফংফম : ইম্ফাল বুক হাউস পাওনা বজার,

অহানবা ফোঙবা
১৭ আগষ্ট ১৯৮০

মখুম য়েকপা : প্রোঃ থোইদিংজম তোম্বী সিংহ

ব্লোক শাবা : নোভেলটি ফোটো এনগ্রেভিং, কৈশামথোং ।

মমল : লুপা তরুক

স্বত্ত্ব পুম্নমক অইবগীনি ।

হিজম কুমার সিংহ
হৈস্নাম চাওবা মীতৈনা
গীতা প্রীন্টর্স, লরার কৈশামপাৎ ইম্ফাল,
ছাপা তৌবা,

# য়াওফম তাকপা

# রাহোঁদোং

মাগী মাগী মরৈবাক মজাতিগীদমক হিংননবা তোংনবা হায়বা অসি হৌজিক মতমগী মীওইশিংগীদি পুক্নিংগী অপাম্বনি। অচৌবা লৈবাক কয়ানা মনিং তম্না পাঙ্গবা উরগা মীখা পোল্লিবা অচৌবা অমদি অপিকপা লৈবাক কয়াগী মীওইশিংনা থাংবা ওয়্রে। য়াংনা চেল্লিবা চাওখৎপগী লমজেন্দা মান্নদবগী থোক্লকপা থেংনবা মথাম উরুরগা অমদি খঙলুরগা অমুক্তা হেন্না পুক্নিংনা খোইরাং খোইশাওবা পোকই। মান্নদবা খুনাই অমগী অরাংপা ময়ামদ্ মেনশিন্নবা হোৎনগে হায়বগী রাখল অমা মথং মথং অতৎপা খক লৈতনা পোক্লরকই।

কুনগুবা শতাব্দীগী লোইরবদাই অসিদা অপিকপা লৈবাক কয়ানা মনিং মথা তম্না লৈবাক ওইনয়বকপা অসিমদি মতৌশাদগীদি মনিং মথা তমহনা পাঙ্গরকপা, লাইবক থীবদগী ইতিহাসকী খোংগাও অমদা মীখা পোনহ্নবা লৈবাক কয়াগী মীওইশিংনা নিংতম্বগী মঙাল ওইবা কাওবা ওয়্রক্লে। নিংশিংলকই, বসন্ত ঋতু লাকপদা মীওইবগী পুক্নিং মথুম মরাং হৌরকপগুম। মীওই কয়া কয়ানা মাংখ্রবা নিংতম্বা অংবু ফংনবা থীরকই, মশাগী নুংঙাইবা পুম্নমক মরৈবাক্কীদমক কংথোক্লরকই।

নুংশিবদগী নুংশিবদি মরৈবাকপু নুংশিবনা মহেল্লি। ফাঁসিগী শগাই মথক য়োরবা ফ্রান্সকী মরৈবাক নিংবা অথোবা অমনা কপথি, "হে! শিবা!! নঙ অসিনা অমুক্তগী হেন্না শিবা য়ারমঙবদি নুংঙাইরমগনি। ইরৈবাকীদমক্তা অমুকথক্তং শিবা হায়বসে পেন্সেদকো।" কংলৈপাক, হৌজিক্তা মণিপুর হায়না খঙনরবা লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীওই অয়াম্বনা ওল্লক্লিবা পৃথিবীগী য়াওল অসিবু মিত্তানা য়েংনিংবা পোক্লকই। অতৈ, রামায়ণগী যুগতা তুমহনা লৈজবা হনুমান্দা মহাকী হৌরকফম তাকপিরু-বদগীদি চামা পাকপা সমদ্রু ইয়াই হেক লাইনা চোংবা ওমখিবগুম লৈবাক

অসিগী হৌখিবা ৱারী ৱাখোং হেন্না হেন্না খিজিন্নুরবা মীওইশিংগী থম্মোই-দা কংলৈপাকপু হেন্না নুংশিন্নরকই। লৈবাক অসিগীদমক পিরাং শিন্নবা ওমলকই। খল্লকই —হৌখিবা মতমগী স্নাইফংদো নুংঙাইরমগনিদা !! ফংবা থক ওমলরোইদ্রা ?

ৱাখল অসিগা লিখুন ইল্লুবদ মীনাই ওইবগী চৈফ্রু মথাদা কাওথো-কুনা থমলুরবা কংলৈচা কয়াগী লিদবুংশিং অড়ুবু হৌথোক্লুনা য়েংনিংবা পোক্লকই। খন্দোক্লুনা থিনিংলকই লিদবুংশিং অসিগী মনুংদা করিবু লোৎতুনা থমলম্বা !!

অতেনবা ৱারেং খরদা ঐনা ইকরিবা লাইরিক মচা অসি নিংজম্বা কম্নবা হোৎনবদা নুংশিজবা অথোবশিং অমলি ফৈদাবুং য়েখ্রবা অথোবশিং অদুগী ৱারী ৱাখুল খরনি। মতম কুইনা অকাওবগী ঈরোল-নুংদা লুপ্তনা লৈরুরবা ইতিহাসকী মচাক খরা খোমজিল্লগা চৈথেংপাকচা-শিংগী মফমদা খুদোল ওইনা মাংম্নোকচবনি। ঐগী লাইরিক অসিনা প্যারিবশিংগী থম্মোইদা মরৈবাক নুংশিবগী ঈরিক মচা অমত্তা ওইরবশু পোক্লকপা ওম্নবদি হোৎনরুবগী মহৈ য়াঙ্গয়ে খল্লগনি।

চন্দ্রমনি লৈশাংথেম

# রারী রাখোং

কাঙ্লৈপাক, তৌঙ্কিক্কনা মণিপুর, অসি মৈহৌরোল্লগী হৌনা মনিং মথ, তমফম: লৈরকপা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমনি। নিংথৌ পানবা লৈবাক হায়রগা প্রজাবু য়ায়া থং-নৈবা নিংথৌশিংনা পানবা লৈবাক মতৌ অদু সদিং উত্লকখিদে। লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌশিংদি প্রজাগীনি, চানবা হৈ, মক্ষ অমদি মতম হায়বা লৈতনা প্রজাগী অরা-অনা লৌশিল্লি অমদি মথোল্লগী য়াইফ্লনবগী থল্লি। নিংথৌশিংগী মরুক্তা প্রজাগী য়াইফনবা থল্লক্তুবা অমদি মশাগী নুংঙাইনবগী হোৎনকপা য়াও-রবদি প্রজানা মহাক্তা মথক্তা লাল হৌই নিংথৌ মফম শিন্দোকই।

লৈপাং শিংনা চৎলুবা লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা অরা-নুংঙাইগী থোদোক রাথোক কয়া মনিং মথা তয়া লৈবাক অসেগী ইতিহাসকী তাংকক্তা থোকখিবগুম থেংনখিদবদি নত্তে। চীংথুম চীংশুঙ্ক চাওবা ইথক ঈপোম কয়ানা লৈবাক অসিবু লুপহনখিনবা হোৎনখিদবশু নত্তে। অহুম ওইনমক মনিং তয়া লৈজবা পায়বা লৈবাক অসিগী মাওইশিংগী মরৈবাক্কীদমক কৎথোকপা ওয়া হায়বা লিংজেল অহুতনা পিরুবা লৈবাক অসিনা য়ুমথংলবা অচৌবা লৈবাকশিংগী থয়াওগী কনথোকচবা ওমহুনা নিংতম্বগী চাওথোকচবা অহুদা হিংহুনা লাকখিবনি।

তরামাপল্লগুবা শতাব্দীনা হৌরকপদদি মপাঙ্গল থংকন কনখৎলুবা অরা নিংথৌনা লোইলম শন্দোক্লিংবগী রাথল অমা ফাওবা হৌরে।

মতম অসিদা থুরকী ঈনা লাই শারুবদগী লৈবাক অসিদা অরা লান-কাইবা ( খৃঃ ১৮১৯—১৮২৬ ) থোকখি। নিংথেম মচা হীরাচন্দ্র, মহাক্কা লোইনবা মীতৈ পাখংশিংগী মরৈবাক নুংশিখিবগী কংথোকপদা অরা লান্নী কুইনা থাংদুনা লৈবদি ঙমখিদে। লোইননা অরাং নোংপোক ভারতকী লুচিংখিবা মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ চৌংলেন নোংদ্রেন খোম্বা মহারাজগী মমাংদা অরা লান্না কাইদুনা চেনখি। খৃষ্টগী চহি ১৮২৬ দা চহি তরেং নিংতম্বা মাংলুরবা মণিপুরদা নীংতম্বগী কীরাল অমুক হন্না পাইথংখি।

খা নোংপোক থংবা এশিয়া মহাদেশকী মতম অসিদা ওল্লকখিবা ম্লাওলগী চৈথেং থরদি মণিপুরদা য়েৌথ্রবগু মতিক লৈরবা হনিংথৌ চৌংলেন নোংদ্রেন খোম্বা মহারাজগী লমজিং মখাদা কংলৈপাক অসি অপিকপা লৈবাক ওইজরবগু মাংজিন থানা চংখিবা মনিং তম্বা লৈবাক অমনি। লপোনবগী ফিজেংতা লোইলম শন্দোকপা লাকখিবা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পা-নিগী লাইবক্তা ভারত অমদি অরা লৈবাক অনিদা লল্লোলফম খুদা হেক ফংখিবা নুমিত্তগীদি লৈবাক অনি অসিবু খুদুম চন্নবগী শিংচেপ অমদি হান্ননা থাজিনবা হৌগ্রবনি। য়েং থংবা খুত্তা থাং, ওই থংবা মখুৎতনা মশা হাপ্-চ-নবা কু চিংদুনা লল্লোলবা লাকখিবা কাংবু অসিনা লানবন কয়া লৌশিনখিদুনা লৈবাক মচা কয়াগী মপু মথং মথং ওইরকপা অসিদদি অরা লৈবাক, লোইননা ভারতকী অরাং নোংপোক থংবা লমদমদা লৈরিবা লৈবাক মচা পুম্নমক নিংতম্বা মাংগ্রগদ্রা হায়বগী মীপাইনবা হৌরকই। লোইননা সমক্রু রাংমদগী লল্লোলবা লাকমিন্নবা ফারাসিন-চিংবা কাংলুপকগু য়েংখিনবা হেক্ককখি। রাহৌ অসিদগীগু অহানবা অরালান ( ১৮২৪–২৬) থোকুবগী মরম ওইখি।

অহানবা অরালান অসিদগীদি মণিপুরগী নিংথৌগী ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিগা হেন্না নকশিন্নবা মরুপ ওইরে। মণিপুরিশিংদি মরুপ থক হাংতে। চংজরকপবু চানবী, মরুপকীদমক শিদোকপা ফাওবা ঙমই। লাইবক থীরিবদি মতম অসিদা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনা থাংজকপা খোংথাং অসি মরুপতা থাজবা হেন্না থমগ্রবা মণিপুরগী নিংথৌনা থোইনা কুপ্না য়েংশিল্লবা তৌদে। মরম অসিনা কবো তম্পাকী রাকম হেক লাকপা

মতমদা কম্পানিগী এজেন্টশিং কেপটেন গ্রান্ট অমদি লেফটেনেণ্ট পেম্বর-ট্ন্দা চিংনবা লৈতনা শিন্নথোকপা গুমই। মরুপপু থাজরুবা অসিগী মহৈনা চহি চা কয়া মনিপুরগী ওইদুনা লাকখ্রবা কবো তম্পাক লৈবাক অসিদগী শেংতোক্লগা অরা নিংথৌদা পীথোকখিবা গুমই। অদুগা নিংঙাইবা লৈতুনা হায়দোকই; "পুংলোলগী মতুং ইন্না জগোয় শাবা তাই"। তায়া চানা শাখিবা জগোয় ওইবনা খৃঃ ১৮৮৫ গী অহুমগুবা অরালাল লোইব দদি অরা লৈবাক অগুক চাওবা অসি সাহেবকী লোইনম ওইখ্রিবা অদুনি। মরম অ'স লৈবদগী অহানবা খো'থাং অসি মরুপ হাংতোকখ্রবগু সাহেব-শিংগী ওইনদি অশিংবা, তুংগী পোরম উবা কুটনিতিগী অচৌবা কৈরাক অমনি হায়না থাগৎনৈ।

অরালান লোইখ্রবা অসিদদি সাহেবকী ৱাখল পুমহোং হোংখ্রে। করিগীগু হোংলোই।

পাক-চাওরবা ভারতবর্ষ পুম্নমক জীরি তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান য়োনা মখোয়গী সিমানা ওইগ্রবদা ভারত অমদি অরা লৈবাক অনিগী মরক্তা মনিংতম্বা মনিপুরনা পাখৎবা য়েকপা ফীরালনা কংলাদা পাইদুনা লৈবা হায়বসি সাহেবকী নাপল চাওরবা মিংচৎতা কালি তৈবা নত্রা? থোইদোক্লগু ভরামাপলগুবা শতাব্দী লোইরকপা অসিদদি ব্রিটিশ সম্রাজ্যদা নুমিৎ তাদ্রবা মতমনি। অমরোমদনা সাহেবনা পুরকপা নোংচুপকী চাওখৎপদা হৈনরুরবা ভারত মচাশিংনা লৈবাক কয়া কোয়-রুরগা নিংতম্না হিংবা পাম্বগী ঈহৌ লাক্লুনা কংগ্রেস কমিটিনচিংবা শেম-গৎতুনা সাহেব তাম্বোক্লবগী অনৌবা লাজং হৌখ্রবনি। ৱাখললোল অসিনা মাংদা থম্লগা খুদোংচাবা ঙাইদুনা লৈরিবা সাহেবনা মনিপুরগী অচেংবা য়েংদুনা ফি পায়দুনা লৈখ্রবনি। খুদোংচাবা অসি খৃঃ ১৮৯০ দা থোকখিবা কোনুং-লানহোৌনা পীখ্রে। ইমুং মনুংগী ৱাখোক্তা থাবৈ থারা শাবা হৌখরে। মরুপ ওইরুবগী থাজবা মাঙহনখ্রবা সাহেবপু অমুক্তা হন্না থাজরুবগী কায়বা লৈত্রে লেপ্পদুনা সাহেবকা লৈনরবা মরি মনিপুরনা ককথৎনরে। মার্চ্চ তাং ৩১, ১৮৯১ দা সাহেবকা মনিপুরিশিংগা খুৎ

থোক্লা য়াম্লরে। নীংতম্লা হিংবা পাম্বা অথোবা কয়ানা মরৈবাক্তীদমক নুংশিত্রবশু মথোয়গী থাদোকপনা লৈবাক অসিগী নিংতম্বদি কনবা ঙম-খিদ্রে। এপ্রিল তাং ২৭, ১৮৯১ দা মনিপুরনা সাহেবকী মীনাই ওইরে।

মীনাই ওইরবা লৈবাক অসিগী অনৌবা শক্তমদি খুদাং পিকম থেনিং-ঙাইনি। মীপুম খুদিংমক নুংঙক নুংশানৈ, মতু ইপোন পোল্লি। মকম খুঙিংমক্তা ইচাংদা-হাংবগুম উই। মমদাংবনা কৈনাবা অনৌবা লাকপা সাহেবপু কিখিবনা ময়াংথাং, লাইমতোন অমদি থোংজোমগী লামফমদা মরৈবাক্তীদমক নুংশিপ্পবা অথোবশিং অদুগীদমক্তা যথরাই পেন্না কপচবা ফাওনা ঙমখিদে-ওৎপি-নৈবিরক্তনা কিপিবনা। মৈদিংগু বুলচন্দ্র, মনাও ইবুংঙোশিং লোইননা অদুম অথো কয়াবু লানহৌবনি হায়না লন্দোক্লনা মশামক্তী মরৈবাক্তা মশাগী প্রজাগী মেক্তবা ওইনবা শিনবা হৌখ্রে। সাহেবনা থাকপা লাং অসিদা থুখিবা মীওই কয়ানা মাংদা লেপখিবনা মরৈবাকপু-অয়ুক্তং কনবা ঙম্লবদি হায়না খন্দুনা অরোনবা লমদা চঙখিবা ঐথোয়গী অথোবশিং মাম্ল পাকপা ঙমখিদ্রে। মথং মথং থোরক্লনা সাহেবশিংগী মথুংতা মরৈবাক্তীদমক মশাবু শিন্নথোকখি। অরাফম তাবা অমদি কৈদাবুং কাবা হায়বা অসি মরৈবাক নিংবশিংগীদি লৈগী দোলাই তোংবগুম্বনি। মপুক্লিংদা লেপথ্রবা মরৈবাক নুংশিবগী রাখল অদুদি মপানথোংগী ওৎ-নৈবগী চৈরাক্লা ওলহনবা খক ঙম্বা নত্তে। মশিমক্তা তুংগী মীরোলনা মথোয়বু ইরাংনরিবনি। মীওইবশিংগী মরক্তা ঈকাই-খুম্নবগী অপাকপা ফিদা থারিবনি।

# মোংবনা য়ুম চংবা

## ( ১৮৯০ গী ৱাথোক )

কবো তম্পাক্ক অৱাদা পীথিবা নুমিৎ, জানুৱারী ৯, ১৮৩৪ দা মিংবা কাইথিবনা মৱম ওইদুনা মনিপুরগী নিংথৌ গম্ভীরসিংহ নোংগাখ্রে। মহাক্কী অনিতা ভাইরিবা মচাইবুংঙো চন্দ্রকির্ত্তি সিংহ নিংথেমপিশক্কা মনিপুরগী অনৌবা নিংথৌ ওইরে। মতোন ইবুংঙো নরসিংহনা অঙাং ওইরিবা নিংথেমপিশক্কী ৱিজেন্তনি। নরসিংহদি পুক্চেল চাঙবা মীনি। নিংথৌ-মচা ওইনা পোক্লগা নিংথৌ খুত্তম পামখিদবা মীওই অমা লৈবা তাঙ্কবদি মনিপুরগী নরসিংহশু অমনি। অদুবু নিংথেম পোকপী মহারানি কুমু-দিনীদি নরসিংহবু য়ুমুং তানা থঙবা ঙমখিদে। নিংথেম মচা নবিনসিংহবু শিঙ্জিন্নদুনা নরসিংহ হাৎনবা হোৎনখি। মহৈদি মানখিদে। মসিনা মৱম ওইদুনা নিংথেমপিশক জিলানা ( কছার লৈবাক ) লেঙশিনখি। মথং-থংদা নরসিংহ মহারাজনা নোংগাপ্লবদা নিংথেমপিশক্কা মনিপুরদা হোৎ-জনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ অমুক হন্না ওইরে। মহাক্কী তরেৎলোম ( খৃঃ ১৮৪৪—১৮৫০ ) মীরৈবাক্কা লৈরুবনা মৱমওইদুনা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজ মপানগী নুংশিং নিংখিনা থঙই। সাহেবশিংগী মপাঙ্গল মথৌনাশু ইরাই লাইনা ওনবা ঙমখি। সাহেবকা চান্নদুনা লৈবা হায়বসিদনা মনিপুরদা মরা তপ্লা পান্নবগী উপাইনি হায়নশু লৌখি। মসিদা কন্না থাজখিবনা থবক-লোমদশু চংথখি।

ৱাফম অসিনা মাংদা থম্লগা খৃঃ ১৮৫৭ কী সিফাই লালহৌদা মনিপুর তান্না থোমজিল্লকখিবা চৌরজিৎ মহারাজগী মচাইবুংঙো সনা চহি অহুম ( নরেন্দ্রজিৎ ) অমদি মাগা লোইনবা ৩৪ শুবা নেটিভ ইনফেনট্রিগী সিফাই-শিং অমদি ময়াংলৈবাক্কা লৈবা মীতৈমচা কয়াবু মনিপুর য়োৎজনবা

থিংখি। লালহৌ অসি নমথননা তোংলবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা অমদি সনা চহি অহুম ফাখিবগীদমক চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজবু সাহেবশিনা ইকাই খুম্নখি। মনাদি, মনিপুরগী নিংথৌদা থাংশাং অমা, থ,াংজি অমা ইকাই খুম্নরে থগনবা ফিজোল অমা লোইননা মহারাজগী অঙম্বা নিপান চীংঙাথম্বা পুত্রম্বা, চীংঙাথম্বা দেয়ান, নেপ্রা শেলুংবা, সোরাইজাম্বা শেলুংবা, নন্দবাপু লাইরিকয়েংবা হজবা অমদি গোকুল ঠাকুরনচিংবদা ইকাই খুম্নরে থগনবা ফিজোল পীখি। সিকাই লালহৌ অসিদা খুৎ থোক্লা য়ান্নবা য়াওখিবা রোমাসিংহ মেজোরদনা মিউটিনি মেডাল পীখি।

মতৌ অসুম্না চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজ অমদি সাহেবকী লৈনরিবা মরি অসি নোংমা নোংমগী চেৎশিন্নবা অসুম অসুম হেল্লকই। ভারতকী গভর্ণর জেনেরেল অমদি ভাইসরোই ওইরম্বা লর্ড নোর্থব্রুক্কী মতমদা খৃঃ ১৮৭৪ গী আগষ্ট থাদা মহারাজনা মজাইবুংঙো অনি অমদি অহুম অথৌ কয়াগা লোইনমা বরাক তুরেলগী মথক্তা ভাইসরোইনা তোংলকপা জহাজ মথক্তা জ'লা দরবার তৌই। মথংদা মনিপুরগী নিংথৌনা সাহেবশিংদা মতেং পাংবিখিবগীদমক তৌবিমল থগবা উৎপা ওইনা, প্রিন্স ওফ ওয়েলস মতুং-দনা সাহেবকী নিংথৌ ভরেৎওবা এডয়ার্দ ওইরক্কদবা অসিনা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজদা সনা খুদোপ অমা, ময়া য়ায়া পানবা থাং অমা, লুপাগী তকমান অমা প্রিন্স ওফ ওয়েলসকী ফোটো অমা অদুগা চিঠি অমগুম্ব খুদোল ওইনা পীখি। চহি থরা লৈরবা মতুংদা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা অরাবা ভারবা সাহেবশিংবু মফম কয়ামরুমদগী কনবিখি। মশিগী তৌবিমল থগবা উৎপা ওইনা অমুক আসামগী চিফ কমিশনার সাহেবনা মনিপুর লান্না লাক্লুনা অফোংবা দরবারদা খৃঃ ১৮৮০ গী ফেব্রুয়ারী থাদা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজদা কেঃ সিঃ এস. আইঃ হায়বা কমথোল অসি পীখি।

সাহেবকা নক্করুবা অদুক সাহেবকা মতেং য়াওদনা মনিপুরদা ময়া ভপ্না পানবা ওমলোই হায়না চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা থাজম্লে। থাজবা অসিনা লমজিংখিদুনা মহাক্না মোঙ্গাক্রবা মতুংদা মজাইবুংঙো অহল সুরচন্দ্রসিংহবু মনিপুরগী নিংথৌ ওইহনবদা সাহেবকী মতেং লিখি।

খোংথাংশিং অসিনা তুংদা ওইরক্লবা লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা অমোংপা থরদি লংশিনবা অতুমক য়োগ্রবনি। য়াকম অসি লৈবনা অশুক মতিক মথোনা লৈগ্রবা মহারাজ অসি অমকপা য়াওথিদ্রবা মনিপুরগী নিংথৌ হায়রবতুদি ওইথিদ্রে। সদা হাক্তক্তা প্যাওথোকখিবা অফবা থবক অয়াম্বা সাহেবকী অনিংবগী মথাদনি হায়রুবদা থোইনা অয়ানবা ওইগনি নীংদে। সাহেবকী থুদোল অমদি মনা মথুম লৌক্লবা অসিনশু ইনিংথৌ অসি নীং-তম্বগী লাপল কয়ামরুম শোইদংপিগ্রবা লৈবাক অসিগী নিংথৌনি হায়বা তাই। সাহেবকী মহুৎশিনবা পোলিটিকেল এজেন্টনা মনিপুরদা অহানবা লাকপা মতমদা মহাকপু কয়া ওকপা হায়বতুগা অরা লৈবাক্তা থাখিবা সাহেবকী মহুৎশিনবা রেসিডেন্টপু অরাশিংনা কয়া ওকপা হায়বতুগা চাংলমতুনা নৈনবদা য়ায়া নুংঙাইনা থোক্লনি। জোনষ্টোন হায়,"......... কোনুংগী হেক চংকমদা মহারাজনা মজাইবুংঙোশিংগা লোইননা ঐবু ওক্লম্মী। কাপেট অমগী মথক্তা ঐগী চৌকি অমা, মহারাজগী চৌকি অমা থাই। নোংমা পোথারগা হৌনবী মওংদা ঐবু ওক্রমগনি হায়বগী থাজবা ফংলবা মতুংদা মহারাজ উনবা ঐ অমুক কোনুংদা চংলুই। লনাইগী ওইবা কোনুংগী চংকম অতুদা ঐবু যুবরাজনা ওক্লম্মী। দরবার তোলগী চংকমদগী খোংকাপ থরদং চংথোক্লগনা মহারাজনা ঐবু অমুক ওক্লম্মী। মহারাজদগী বিদাই লৌরগা থোরকপদশু ঐনা মনিপুরদা থুংলবা মতমদা ওকখিবা মকম অতু ফাওবা ঐবু থিন্দোরকই"। সাহেবকী রেসিডেন্টনা অরাগী কোনুংদা চংবা মতমদদি অরাশিংগী চংনবী মতুং ইমা মহাক্লা ভোংলিবা খোংউপ লোথোকহল্লগা খুউখুদক কুন্দুনা মহারাজগী মমাংদা য়াথং ভাইতুনা লৈগনি"।

কংলৈপাক্তী মীওক মীচান ফজরুবা অসিবু সাহেবশিংনা মথোনা লোথোকপিল্লবা জাতী অমনি হায়না লৌগ্রে। মরম অসিমক্তা জোন-ষ্টোন হায়, "মহারাজগী দরবারগা হীরম কয়া থরবা মতমদা ঐহাক অসি অশোনবা কাংবুগা থেংনরিবা মপাজল ফনবা কাংলুপ অমগী মহুৎ

শিজিবা মীওই অমনি হায়বশি থক কাওবা লৈন্তে। ঐখোয়না খুং থিংজিনবগী দরকার লৈরক্লবা মতমদগুী থাজবদা লোইনদা ঐহাক্না খুং হেক্তা থিংজিন্নবা হোৎনৈ ; ভোবদদি হীরম অয়াম্বদা মহারাজ অমদি মহাক্কী মন্ত্রিশিংবু ঐগী মাফমশিং অসিদা য়াহন্নবদি হোৎনৈ" ।

চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী মহারানী তরুক্তি : মজাইবুংঙোনা তরানি । মজাইবুংঙোশিংগী মিংনা সুরচন্দ্রসিংহ, কুলচন্দ্রসিংহ, টীকেন্দ্রজিৎ সিংহ ওফে' কোইরেং সিংহ, ঝলকির্ত্তি সিংহ, ভৈরবজিৎ সিংহ ওফে' পকাসনা সিংহ, কিশোরজিৎ সিংহ, পদমালোচন ওফে' গোপালসনা সিংহ, অঙোসনা সিংহ জিলাঙম্বা সিংহ অমদি গম্ভীর সিংহনি । সুরচন্দ্র সিংহনা মহারানী অহন্না পোকপনি । পকাসানা, কিশোরজিৎ, গোপালসনানা মহাক্কা পোকমিন্নবা মনাওশিংনি । কুলচন্দ্র সিংহ অনিশুবা মহারানীনা পোকপনি। মহাক্কা পোকমিন্নবা মনাওনা গম্ভীর সিংহনি । টীকেন্দ্রজিৎ সিংহ অহুমশুবা রানীনা পোকপনি ; ঝলকির্ত্তি সিংহনা মরীশুবা রানীনা ; অঙোসনানা মঙাশুবা রানীনা পোকপনি অদুগা জীলাঙম্বানা তরুকশুবা রানীনা । চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা থুপলরবদা ইনিংথৌ অসিনা পামজরম্বগী মতুং ইন্না মজাইবুংঙো অহন সুরচন্দ্রনা মনিপুরগী নিংথৌ ; কুলচন্দ্র সিংহনা যুবরাজ, টীকেন্দ্রজিৎ সিংহনা সেনানায়ক, ঝলকির্ত্তি সিংহনা সেনাপতি, পকাসনানা মগোল হঞ্জবা, কিশোরজিংনা শমুহঞ্জবা, গোপালসনানা লোলাইরোই হঞ্জবা, অঙোসনানা লম্বীথোং য়েংশিনবা অফিশার ইন চার্জ অদুগা জীলাঙম্বনা মহারাজগী এঃ ডিঃ সিঃ ওইরে । মজাইবুংঙো গম্ভীরসিংহনা করি কম পায়খিবা হায়বদুদি অফংবা রেকোর্ডনদি পল্লমদে। মতম অসিদা মহাক অঙাং ওইরম্বা য়াই, মরম অসিদগী মহাক্কী কমথোল পল্লমদবশু ওইরম্বা য়াই । সুরচন্দ্র মহারাজনা কংলৈপাক্কী অলোবা ইনিংথৌ ওইহনা পাল্লকপা থা থরগী মতুংদা মজাইবুংঙো ঝলকির্ত্তি সিংহ মোংগাপ্রণা মজাইবুংঙো টীকেন্দ্রজিৎ সিংহনা সেনাপতিগী কমথোলশু লোরে ।

সুরচন্দ্র মহারাজদি মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা ইনিংথৌ ওইখিদে। মপাইবুংঙো চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজদগী শরুক কয়ামরুম হেন্না সাহেবশিংদা থাজবা থমখি। সাহেবকী মজেং য়াওদ্রবদি মনিপুর লোংমা ফানা ময়া তপ্পা পানবা ঙমলোই হায়না ইনিংথৌ অসিদি হেক্তমক থাজহ্রে। থোই-দোক্লা পুক্লিং শোন্থখিবা অমনা মনাওই ইবুংঙোশিংগী মরক্তা পোকমিন্নবা অমদি পোকমিন্নদবা হায়না তোথাই তাহন্নবা শিনখিবা অসিনি। রায়ম-শিং অসিনা কংলৈপাক্তা নিংতমজবদা অকায়বা কয়া থোকহন্নবা শিনবা হোৌম্রে।

মহারাজ সুরচন্দ্র সিংহগী মনাও ইবুংঙো টিকেন্দ্রজিৎ সিংহ অসি মতিক মথৌনা লৈবা নিংথৌ মচানি। সেনাপতি অসি নুপা থোকই, পুকচেল চাওই, থাজবা য়াবা মরুপ্নি। য়েক্রবা ওইরগদি থোইদোক্লা শাথিবা মীওইনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা মীনি হায়না তাক্লকপদা নত্তনা শা-লান্দা হৈশিংলবা লুচিংবা অমত্তনি হায়বা অয়ুদ্দক তাক্লকই। মতুন ময়ামশিং অসিনা কোইরেং সেনাপতি দরবারগী মরু-ওইবা মীওই অমনি। মশিং তবা লৈবাক অমগী নিংথৌ মচানা মতিক মথৌনা হেনগংলক্লবদি নিংঙাইদনা লৈথোকপা হৈনদ্রবা সাহেবশিংনা টীকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মচিন তুমথংলকপা অসি য়েথংনবা তত্তনা হোংলৈ। মীর অসি পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেবকীত্ত তাথিনয়বা য়েক্রবা ওইখি। মতিক মথৌনা লৈয়বা নিংথৌমচা অমনা মচিন তুমথংলক্লবদি মনিপুর লোশিনগে থম্নিবা সাহেবকী থৌরাংশিং অসি শোয়বা তারে হায়না পাথংখিবদগী জোন্স্টোন সাহেবনা টীকেন্দ্রজিৎ সিংহবু লাকথুনবা উপাই, কয়া থীখি। খৃঃ ১৮৭৭ অমদি ১৮৮১ দা থোকখিবা থোদোক থরগী মরাজনি হায়জিনহনা এজেন্ট অসিনা টীকেন্দ্রজিৎ সিংহবু রাররুবা মপাবুং মহারাজদা ওইদবা কয়া শেমজিনখি। মচাগী মতুন নিংথিনা থওজবা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজ, এজেন্ট সাহেবকী ময়াদি লৌখিদে।

কোইরেং সেনাপতি অসি মতম পুয়মক্তা মনিপুরদা সাহেবশিংগী থুদা অমা শৌরিবসিগী মাইয়োক্তা লৈখি। সাহেব য়াওদ্রবসু মথক্তা

লৈজবা ওয়া মনিপুরনি হায়নাময়াম্ন্রং মহারাজদা ভোয়না হৎপংথি। থাজথিবসিনা লমজিংথিন্নুনা সনথ্রা বরাচাউবা অমদি রাংথৈলাকপা বিমচন্দ্রগী লালহোৌদা সাহেবনা পীরকপা মডেং বীর অসিনা লোথিদে। অদুম ওইদুনও মপাঙ্গল মথোৌনা লৈয়বা সাহেবকা থংনরুবনদি কংলৈপাক্কী কান্নবা পুয়রুনি হায়বসিদি সেনাপতি অসিনা থক থনখিদে। রায়মশিং অসি লৈবনা মনিপুরগী অনৌবা এজেন্ট গ্রীমউদকা চান্নবা মরুপ ওইদুনা মরৈবাক্কী কান্নবা উপাই থীগে হায়না থনপ্রে।

চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা মোঙ্গাপ্রবগী মতুংদদি মজাইবুংগোশিংগী ময়ক্তা নাকপাক তান্নবা হৌগ্রে। মহারাজ সুরচন্দ্র, মনাওইবুংগো পাকাসনা, কিশ্বরজিৎ অমদি লোপ্যালসনানা নাকল অমদা অতুপা যুবরাজ কুলচন্দ্র, সেনাপতি টীকেন্দ্রজিৎ, অঙৌসনা অমদি জিলাঙম্বনা নাকল অমদা লেপ্লপা নাকপাক তানা থংনবা হৌগ্রে। য়েংথিনরিবসি টীকেন্দ্রজিৎ অমদি পাকাসনা অনিগী মরম্লাই নুংশিনদবা রাকম কয়ামরুয়ও চাং য়ায়া হেনহনখি। পাকাসানা অসি লাইরিক হৈবা মভিক লৈবা নিংথৌ মচানি। অদুবু শগোলহঞ্জবা অসি পুকচেল থরদি পীকই, মীপী নুংঙাই য়াইফবা উরপা খাঙবা ঙমদে। মরম অসিদগী মহাকমক্তা নকুবা মীওইশিং কাওথনও পাকাসনাবুদি অদুক হুকচিন্না নুংশিবা ঙমখিদে। টীকেন্দ্রজিৎনা সেনাপতি ওইথিবা অসিদগীদি পাকাসনানা টীকেন্দ্রজিৎপু কল্লক থম্নয়া অমুক্তা হেনগৎখ্রে। শ্রীমতি গ্রীমউদনা য়েংথোনরিবা অসি, কাংলুপ খুদিংদা অমদি লৈবাক খুদিংদা লৈরিবা, অপোনবনা অকনবমু কল্লক থম্নয়া অদুনি' হায়নদি হায়রি'। য়েংথোনরবা মজাইবুংগো অনিমক্কী মীৎয়েংকম [অসি মাইপাকপী কোৌবা মীতৈ চনু অমগী মথক্তা অমুক্তা তাকুয়ে। নিংগোল অসি মশক ফজবী অমদি ওন কয়ামরুয়া লৈভেংবীনি। মনাউ অনিগী য়েংথোনবা অসি সুরচন্দ্র মহারাজ থঙই। কনাগী মীচং চংলোই হায়না লৈজরয়বও মমৈথংদদি পোকমিন্নবা মনাউ পাকাসনাগী মীচংদা লেপখ্রে। মতম অসিমক্তদা সুরচন্দ্র মহারাজনা মনাউ ইবুংগো পাকাসনাদা রায়েজশংগী অরাংবা ফমথোন অমাপ্লা অমুক পীশিনখ্রে। রায়েজশংগী থমক য়েংথোক য়েংশিল ভোৌষপী মথৌ অসিদি যুবরাজপী শরুক্তি।

হন্দক পাকাসনাদা মহাক্না কংকম খোঙবা কমথোন পীথিবা অসিদি মহাকপু ইকাইবা পীবনি হায়না কুলচন্দ্র যুবরাজনা লৌখ্রে। মতাং অসি-দগী মহারাজ অমদি যুবরাজ অনিগী মরক্তু নুংঙাইনদবগী মরু হুনখ্রে। মাইকৈ অমরোমদনা অমুক, পাকাসনানা মনাউ ইবুংঙো অঙোসনা অমদি জিলাঙম্বগসু রাক্ম করামরুমদা থংনখোক্রমই। মহাক্নী খুজিলদগী অঙোসনা অমদি জিলাঙম্বসু, মহারাজনা দরবার ফাওবা কাহনখিদবা য়াউখ্রে। দরবার কাহন্দবদা নত্তুনা মখোয়না পাইজবা ফম ফাউবা অঙোসনা অমদি জিলাঙম্বদগী লৌথোকপিখ্রে। পাকাসনাগী খুজিলদগী মহারাজনা মখোয় অনিশিবু লোই ফাওবা থাবিরক্কন্দ্রা হায়না চিংনবগু পোকখ্রে। মখোয়গী অয়াবশিংসি ময়াম্নং অনি, যুবরাজ কুলচন্দ্র অমদি সেনাপতি টীকেন্দ্রজিৎতা পাউদমখি। অদুবু উচি কল্লক্কুনা ময়ুম মৈ থাদোকপা পামখিদবা যুবরাজ অমদি সেনাপতিনা মনাউ অনিবু থামখি।

খৃঃ ১৮৯০ গী সেপ্টেম্বর তাং ২১ গী নোংয়াই চবুক্তা অঙোসনা অমদি জিলাঙম্বা অনিনা মনাইশিং খরগা লোইননা মহারাজগী সঙ্গাই থারিবা চেকপল অহু কৈরাক থাহনা কাখংলগা তুমকম কা ফাওবা চঙখিহনা নোংমৈ কাপখ্রে। সুরচন্দ্র মহারাজদি অহুক হাক্না মতিক মথোনা লৈবা মীওই নত্তে। নিংথৌ শেনবা মনাইশিং হোৌদোক্লগা লাল হৌরক্লিবাশিং অদুবু লাকথুনবা হোংনপে থনখিদ্রে। মহুগী মহুত্তা মাকোইদা চেনথোক-খিহনা রেসিদেন্সী য়ৌখ্রে।

মতাং অসি ফাওবা টীকেন্দ্রজিৎ লালহৌ অসিদা য়াওদ্রি। মোংমৈ কাপ্লগী মখোল তারকপা অদুদা সেনাপতি শঙ্গাইদগী চেহ্নোরক্কুনা য়েং-লুবদদি মনাউ অনিনা লাল হৌবা ওইরম্লে। থেমজিনবা য়ারক্নবদা মনাউ অনিগী মীচংদা সেনাপতিসু য়াওশিনখ্রে। মীওই অমতগী মথয়াই মাওহল্লবা লৈতনা লালহৌবা কাংবুমা সনা কোমুং লৌরে।

লালহৌ অসিদা কুলচন্দ্র যুবরাজদি য়াউখিদে। লান হৌগদবা নুমিংকী নুমিদাংয়াইরমদা যুবরাজ শঙ্গাইদগী লেঙথোকখি। মকম কদাইদা অমদি করিগী লেঙথোকখিব্রা হায়বদুগী অশেংবা মরমদি থঙবা ঙমদ্রে।

অহুম ওইনমক মথংগী অমুক্তা সনা কোনুংদা অমুক হল্লক্লনা মনাউ অহমগী অপাম্বগী মতুং ইন্না নুমিৎ অসিমক্তদা নিংথৌ ওইরে। কুলচন্দ্রগী শাজং অসি থর কুপথন' য়েংনুরবদি লাললোৈ অসি থোক্লরগনি হায়বা অসি মুহাক মাংওইনমা শঙলম্বা তাই লিংই। মহুম অসিমক্না লাললোৈবা কাংবু অসিনা মাইথিবিবা থোক্লবদি যুবরাজদি য়াউদে হায়বা উৎননবা অনিংবা অমা য়াউনা সনা কোনুং থাদোক্লম্বা মাপ্লি।

সুরচন্দ্র মহারাজনা থল্লগদি পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউদনা মহাক্তী মতেং প্যাংলক্লনা মনিপুরগা সিংহাসন হল্লিনহল্লক্লনি অসিনি। এজেন্ট সাহেব অসিনা মহাক্তী মতেং পাংবিমু য়াদে হায়রগনা মহারাজ অসিনা এজেন্টপু য়ায়া নিন্দা তৌখি। গ্রীমউদনা অমুক চায়রিবনা মহাক্তীদা লৈবা লান্মীশিং অতুগা লোইননা সনা কোনুং অমুক লৌনবা তৌশি হায়-রুবদা মহারাজ সুরচন্দ্রনা য়াখিদে অসিনি। মতাং অসিরাইরগীদি এজেন্ট সাহেবকা মহারাজগা লৈনখিবা মরি অসি য়ায়া ওম-তৈননা থোকপা তাংকক অমদা লাকয়ে। নুমিৎ অসিদা অচুম্বা করি ওইখিবগে হায়বা অসিগী মতাংদদি ওম্না তৈনবা রাকম অনিথক্লা ম্যুংদা লাক্লম্বিনা করম্বনা অচুম্বনো হায়বতু থাদোক্লবা হোংনবদা অরাইবা থক ওইদে সুরচন্দ্র মহারাজনা ভাইসরোইদা রাকংথিবদি লালহৌরিবা মনাও ইবুং-ঙোশিংগা লান তৌননবা মতেং পাংথিমু হায়রুবদা এজেন্ট সাহেবনা য়াখিদে অসিনি, অতুবু, রাকম অসি অরানবনি হায়না গ্রীমউদনা অমু শেংদোকয়ে।

কোনুংগী রাথোক অসি ভারতুনা আসামগী চিফ কমিশনার সাহেবন থংনম্বিবা কাংবুশিং অসি ভাইশিন্নবা গ্রীমউদতা কম্না হায়রকখি। অদু পোলিটিকেল এজেন্টনা করি থোংথাং লৌমরকদগে ভাইবা তৌখিদ সুরচন্দ্র মহারাজদি বৃন্দাবনদা লেঙনিংবগী অপাম্বা অদু ফোঙদোকয়ে শ্রীমতি গ্রীমউদনা "মনিপুরদা ঐগী চহি অহুম" হায়বা মহাক্তী লাইরিব ইরি, "ফিতম অসি থোমাগা লোইনমা মাইয়োক য়াবিনবা অমদি হাসন অমুক হল্লিম্বা উপাই থিখিনবা ঐগী ইপুয়োইবনা মহারাজদা

তকশিনখি অদুবু মহারাজদি অকবা হেক হায়রকবা থুমিংমক্তা থওইনা তাখিখিত্রে। পুং থর়া য়াম্না লৈতাদনা লৈরম্লগা সিংহাসন থাদোকচরগে হায়না ঐগী ইপুরোইবদা থগুহনখি"। থোদোক অসিগা মরি লৈনবা চে-চাং কয়া নৈনরবা মতুংদা ভারত সরকারনা পীখিবা মংতি, "মতাং অসিদা পোলিটিকেল এজেন্টনা থাংখিবা খোংথাংশিং অসি রাখল থত্থবা য়াংখি। মর়্‌খি অমদি মথোনা শিজিন্নদুনা মহারাজ সুরচন্দ্রবু লৈবাক ওাকহনবা হোৎনরমগদবনি। সুরচন্দ্র মহারাজবু মনিপুরগী নিংথৌনি হায়দুনা শকখংখিবা ভারত সরকারগী মরা তাদনা মহারাজ অসিনা নিংথৌ খুৎকা থাদোকচরগে হায়রগা মহাক্না (এজেন্টনা) হেক্তা য়াথোক-লগ তৌরমলোইদবনি। মনিং তমজিবা লৈবাক অমগী নিংথৌনা কম থাদোক্লগে হায়রগা মতুবু য়ারে হায়না রায় পীথোক্লবা পোলিটিকেল এজেন্টকী শক্তি লৈতবনি। গ্রীমউনন থাংগ্রিবা খোংথাং অসিনা য়াথোক অসিবু য়াম্না অচান-মীরাই নাইহন্‌গ্রে অদুগা মতুংদা থুদোংথিবা থোরক্ল-বগী মরমত্ত ওইহনগ্রে।" রায়মশিং অসি মুয়া নৈনরুরগা গ্রীমউদ অসি কুলচন্দ্র মহারাজগী কাংলুপ্তা চেন্না য়ানিংবা উৎপা অদুগা সুরচন্দ্র মহারাজ-না অমুক মনিপুরগী নিংথৌ ওইরকপদনা য়ানিংলক্তবা অমদি উৎলে হায়-বসি অরানবনি হায়নবা হোৎনবদা য়াম্না য়ানা থোকগ্রে। মশি গ্রীমউদ অমদি টীকেন্দ্রজিৎ অনিনা য়াম্না নুংশিমনা তিন্নথিবা অদুদগীনি হায়বসি সুরচন্দ্র মহারাজগু থগুখিমাল্লে।

বৃন্দাবনদা লেঙগ্রগে হায়না লেপ্লদুনা মমৈথংদা সুরচন্দ্র মহারাজনা টীকেন্দ্রজিৎ যুবরাজদা চিঠি ইরে। মনিপুরগী সিংহাসন পামদ্রে হায়বা উৎননবা নিংথৌ ফি থাং অমদি নিংথৌগী অতোপ্পা পোৎ চৈ পুম্নমক, মনাও ইবুংঙো টীকেন্দ্রজিৎত্তা হনথ্‌গা বৃন্দাবন লেংবদা থুদোংথীবা থোক্ত-রবা শিন্নদু হায়না থংহনখে। পাও অসি হেক ফংবগা যুবরাজনা দরকার ওইবা পুম্নমক শিন্নকদুনা সুরচন্দ্র মহারাজ বৃন্দাবন লেঙখ্রে। সুরচন্দ্র মহারাজনা মনিপুর থাদোক্লুনা বৃন্দাবন লেঙথ্রবা অসিদদি খৃঃ ১৮৯০ গী কোনুংগী লালহৌ অসি ঈ মরিক অমকাওবা তাদবা লালহৌবা কাংবুনা

মায় প্াক্লে। ভারত সরকারনা অগুম্না ইরি, "মহারাজনা লেগুথ্রবা অসিগী ভুংদা মহারাজগী রেসিডেন্সি ফাওবা চেনমিন্নখিবা অগুম অথৌ পুয়মক সনা কোনুংদা অমুক হন্না লাকখি। মনিপুরগী নিংথৌ ওইরবা কুলচন্দ্র মহারাজনা অগুম অথৌ ময়াম অসিবু ভরাম ভরান্না ওকখি। ময়াম্বুংনা মনিপুরগী সিংহাসন থাদোকলম্বদগী সেপ্টেম্বর তাং ২৯ দা কুলচন্দ্রনা মনিপুরগী নিংথৌ ওইরে হায়বা চিঠি অমা পন্থৰ। তৌদনা ভারত সরকারদা থাখ্রে। রাকম অসিদা ভাইসরোইনগু য়াবিয়রুবা চিঠিগী মরোলদা 'হাপখি।"

খৃঃ ১৮৯০ গী কোনুং লালহৌ অসিগী মরুদি সুরচন্দ্র মহারাজগী মনাও ইবুংঙোশিংগী মরক্তা মথোয় মশেল অমগা অমগা কন্নক-মেরংথিনব-দগী থোকপানা অয়াম্বনি। লুল্লিবদি সিংহাসন ফংতৌদবা কুলচন্দ্র মহা-রাজগু মরৈবাকী মনিং-মথা ভম্না ঙাকপবুদি রাজগাডি ঙাকপনা হেন্না লুই হান্নবা থনখ্রে। সাহেবকী সিকাই ৩০০ (চহুম) মনিপুরদা থম্লগা সাহেবকী এজেণ্ট মনিপুরদা থম্লিবা অসিগী পাওতাক লোঙ্না লৈবাক ঙাকউ হান্নবগু সিংহাসনবু মাঙহল্লোই হায়রবদি মহারাজ অসি ইরাই লাউনা য়ানিংগনি। ঐথোয়না ফংবা রারী রাখোংনা হায়রিবদি টীকেন্দ্র-জিৎপু মনিপুরগী রাংমদা পুথোক্লবা হোংনখিবা সাহেবকী থৌরাংশিং অহৃদগু মহারাজ অসিদি ল্লেংনিংব থোইনা লৈখিদবগুম উই। মনিপুরগী সিংহাসন অসি টীকেন্দ্রজিৎনা ময়াম্বুং কুলচন্দ্রদা 'পারমদবা থোক্লবদি মহারাজ অসিনা সাহেবকী মতেং পাংলগা কোইরেং যুবরাজবু মনিপুরগী রাংমদা পুথোকখিনবগু শিল্পম্বা ম্নাই। রারম অসিনা খৃঃ ১৮৯০ গী কোনুং লালহৌ অসিদি মনিপুরদগী সাহেব তানখিনবগী লালহৌ থক ওইখিদে।

মহারাজ সুরচন্দ্রনা মনাও ইবুংঙো অহুমগা লোইননা বৃন্দাবন লেগুপ্র-বদা কুলচন্দ্রনা মনিপুরগী নিংথৌ টীকেন্দ্রজিৎনা যুবরাজ, অঙোমবানা সেনাপতি অহুগা লৌলগুবনা শগোলহজুবা ওইরে। ইন্দিংথৌ অসিগী হাক্তগদি মচিন মনাওশিংগী মরক্তা থৎন-চৈনবা লৈখিদ্রে। পুকচেল

থোইজেল ভিম্বনা সাসন পুরক্লুনা লৈবাক্কী চাওখৎ থোয়াংগী থবক কয়া পায়খৎপা হৌরে। লম্বীথোং শেমজিনবা হৌরে। অনৌবা থোং কয়া শাক্লুনা অমদি লম্বীথোং কয়া শেমক্লুনা প্রজাগী চৎথোক চৎ-শিন্দা খুদোংচাবা পীবা হৌরে। মরম অসিনা প্রজাশিংনন্ত মহারাজ অসিনা পানবা অসিদা থোইদোক্না পেজবা হৌখ্রে। প্রজাশিংগী মওং অসি ম্রেংজগদি, হন্দক্কী কোনুং লাজহৌ অসিদি, মথোয় অত্তক হাক্না থোশাদবরা হায়না থক্লি। গ্রীমউদ ফাওবনা লাজহৌ অসিদি অত্তক হাক্না খঙহনা লৌখিদবা অসিনি। মহাক্না হায়, "কোনুং লাজহৌ কয়া মনি-পুরদা থোকপ্রে, খৃঃ ১৮৯০ গী লাজহৌ অসিন্ত মমাংদা থোকখিবা লাজহৌ অত্তুওম্বা অমনি"।

# য়ুমতাংবনা কৈনাবা

খৃঃ ১৮৯০ গী সেপ্তেম্বর তাং ২১ গী লালহৌ অসি লৈবাক অসিগী প্রজানা য়াথ্রবগু সুরচন্দ্র মহারাজদি সিংহাসন হন্জিন্নবগী রাখল থাদোকপা থক লৈখিদে। মহারাজ অসিনা মনিপুর থাদোক্লুনা চৎলমদাইদা শ্রীমউদনা মহারাজ মশাম্না য়ান' মনিপুরগী সিংহাসন অসি থাদোক্লম্লবনি হায়না ইবা পাস অমা পীখি। সুরচন্দ্র মহারাজ ইংরেজী হৈহে। মরম অসিনা পাস অসিগী মরোল মহাক্না কছাড় য়ৌরবতদা খঙই। মরোল খঙবগা ভাইসরোইদা মহাক্না মতেং পাংবিনবা মহারাজ সুরচন্দ্রনা কাছাড়দগী টেলিগ্রাম থাই। "হৌজিক্তা পোলিটিকেল এজেণ্টকী পাস হাংদোকনুবদা ঐহাক সিংহাসন থাদোকে হায়বা খঙলে। মশি অচুম্বা নত্তে। পোলিটিকেল এজেণ্টনা ঐবু খঙদ্রে। অচুম্বা রারোল মতুংদা তমজগে। ঐগী রাজ্যম থম্মবিনবা অমদি তেংবাংবিনবা হায়জরি"।

মতম অসিগী আসামগী চিফ কমিশনর সাহেব অসি শিলচরদা উরগনি হায়না সুরচন্দ্র মহারাজনা থাজখি। অদুবু কমিশনর অসিনা কলিকতাদা চৎখিবদগীদি মহারাজ সুরচন্দ্র কলিকতা তাম্না অদুম্মক খোংশানখ্রে। খৃঃ ১৮৯০ গী ওক্টোবর তাং ১২ দা সুরচন্দ্র কলিকতা য়ৌরে। মহাক্না হায়নিংবা রারোল কয়া হায়বগা লোইননা মনিপুরগী সিংহাসন মঙোন্দা অমুক হন্জিনহনবিয়ু হায়না ইবা রাকং চে অমা নবেম্বর তাং ১৪ দা ভাইসরোইদা লানশিনখ্রে। সুরচন্দ্রগী রাকং পারগা ভারত সরকারনদি মনিপুরগী সিংহাসন অসি সুরচন্দ্র মহারাজদা অমুক হন্জিনখিবদা থোইনা য়ানিংদবা লৈখিদে। অদুমক মনিপুরদা লৈরিবা শ্রীমউদনদি

থাকম অসিদা মানিংদে। সুরচন্দ্র মহারাজনা মনিপুরগী নিংথৌ অমুক হন্না ওইরকপদা থোক্লকপা রাবা রাথোক মরাম অমদি মতুদা ব্রিটিশ সরকারনা পুরক্কদবা থৌদাংশিং পন্নদুনা গ্রীমউদনা ভারত সরকারদা চে ইরে। আসামগী চিফ কম্মিশনারশু গ্রীমউদকী মীচংদা লেপথে। অফ-ক্ত থাকম কয়া নৈনরবা তুংদা ভারত সরকারনা কুলচন্দ্র সিংহদা মনিপুরগী সিংহাসন পিন্নবদা য়ারে। ভোবশুদি লৈবাক শাকপগী চুপ্লিদি সাহেবকী মাইয়োক্তদা লৈবা টীকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মখুংতা শাথ্রগনি হায়বগী অকিবা অতুদি কোকত্রি। ভারত সরকারগী মতনা অমা, এজেন্ট অমদি কম্মিশনরগী মতনা অমা, অশুয়া মত অনি শুরকপা অসিদদি কনি রাম্ন তারক্কদগে থম্নবদা মতম কুইনা চংবা তাখি। মতম য়াম্না কুইনা চংনা অমদি মাইকৈ কয়ামরুমদা কুপ্না নৈনরবা মতুংদা ভারত সরকারগী রায় অসি খৃঃ ১৮৯১ গী ফেব্রুয়ারী থাদা হায়দোকলে। রায়গী মরেজদি সিংহাসন অমুক ফংহনবিয় হায়না দরখাস্ত থারকপা সুরচন্দ্র মহারাজ মনিপুরগী নিংথৌ ওইবা য়াররোই। মরম হায়বদু মহারাজা মনিপুরগী নিংথৌ অমুক ওইরকপা হায়বসিদা মনিপুরদা লৈবা এজেন্ট সাহেব অমদি আসামগী কম্মিশনর সাহেব অনিনা শুকয়া য়াদে। মরম অসিনা মহারাজ অসি মপুন্সি চুপ্না ব্রিটিশনা খনবা লম অমদা ব্রিটিশনা পীবা পেন্সন চাদুনা হিংবা ভাই। মনিপুরগী সিংহাসন্না মনাও ইবুংঙো কুলচন্দ্র সিংহদা পীরগদবনি ভোবদদি মহাকশু সাহেবনা পীবা মথাগী হীরম অহুম অসি য়াগদবনি: মতুদি (১) পোলিটিকেল এজেন্টনা রেসিডেন্সিদা সাহেবকী সিপাই ৩০০ থম্নদা কুলচন্দ্রনা য়াগদবনিঃ (২) মনিপুরগী লৈবাক শাকপা মতমদা কুলচন্দ্র সিংহনা পোলিটিকেল এজেন্টকী পাওতাক তত্তনা লৌগদবনি অতুগা (৩) টীকেন্দ্রজিৎ সিংহবু মনিপুরগী রাংমদা পুথোকখিবদা কুলচন্দ্র সিংহনা য়াগদবনি অতুগা থাকম অসি থবক ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনবদশু মহারাজ অসিনা সাহেবকী মত্তেং পাংগদবনি। মথক্তী হীরমশিং অসি কুলচন্দ্র মহারাজনা খোয়দনা য়ারক্তনি হায়না ভারতকী গভর্ণর জেনেরেল ওইরবা লর্ড লেন্সডাউন্না চিংনবা লৈতনা থাজখি। "ভারত সরকারগী রায় অসিদি

ভুজচবা য়াওনা অঙকপা পোক্লবা য়ায়গী মওং অমনি। সরকার অসিনা লালহৌ ( খৃঃ ১৮৯০ গী ) অসিবু মপুং ফানা শোগংখ্রে, লোইননা লালহৌ অসিগী মহৈ নিংথিনা ফংখ্রবা মীওইবুনা ( কুলচন্দ্রবুনা ) গুাকপিখিবতা নত্তনা মনিপুরগী নিংথৌ ওইনা খনখ্রে, অদুগা লালহৌ অসিদা য়াওবা কাওবা নিংথিনা য়াওজরুনবা মীওই ( টীকেন্দ্রজিৎ ) বুনা প্রমানগু মতিক চানা পুথোকখিবা তৌদনা লালহৌ অসিগী লুচিংবনি হায়না মরাল শিজি-নপা লোই থাদোক্লবা হোৎনখরে।"

খৃঃ ১৮৯০ গী কোনুং লালহৌ লোইখ্রবা মতুংদদি মনিপুরগী সিং-হাসন হাংদনা লৈখ্রবনি। টীকেন্দ্রজিৎ সিংহনবু মনিপুরগী সিংহাসন মিতায়য়বদি য়েংপিনবা ফনা য়াওদনা মহাক্না মনিপুরগী নিংথৌ ওইরম্ন-গদবনি। অদুবু মমাও ইবুংঙো অসিগী পুক্নিংদা রাখল অসিদি থক পোকখিদে। নিংথৌমচা ওইনা পোক্লগা রাজসিংহাসন পামদবা মীওই প্রিথিবীগী ইতিহাসতা থিবা য়ানা থোকই। কংলৈপাক্কী পুন্নারাদদি মশি তৌয়না থেংনৈ। মনিপুরগী বীর টীকেন্দ্রজিৎ রাজগাডিদগী মরৈবাক মজাতিগী নিংতম্বনা হেন্না লুয়া লোবা মীতানি। মহাক্না নুংশিজবা মরৈ-বাক মজাতি চেম্বা য়াবা রাজব্যবহার কায়বা শাজং অমত্তা বীর অসিনা চৎখিদে। মনিপুরগী সিংহাসন ময়ামুং কুলচন্দ্র সিংহদা হরাওনা শিন্নথোকখি।

ভারত সরকারগী য়ায় অসি মনিপুর তান্না চৎজগা হায়দোক্লনবা আসামগী চিফ কমিশনার কুইন্টন্দা শিন্নরে। মনিপুরদা কুইন্টন্না লাও-থোকত্রিবা মথৈদি রায় অসি অথুপ্পা ওইগদবনি হায়নগু খঙহল্লক্লে। কুই-ন্টন অমদি সাহেবশিংনা মনিপুর য়োনবা চৎপদা অপন-অরাক লৈগনি হায়না খনখিদ্রবত্ত মতিক চাবা লান্মীদি লোয়মখিনবা ভারত সরকারনা আসামগী চিফ কমিশনর অসিদা খঙহল্লকই। তৌবা য়াবা থোরাং শিন্নবা লোইরত্তনা কুইন্টন খৃঃ ১৮৯১ গী ফেব্রুয়ারী তাং ২১ দা মনিপুরদা ভারত সরকারগী য়ায় হায়দোক্লনবা কজিকত্তা থাদোকখ্রে। গোলাঘাট য়োরগা কর্নেল স্কীনগী মথাদা গুর্খা লান্মী ৪০০ অমদি অতোপ্পা সিভিলিয়ন

থরগা পুড়মা মার্চ্চ তাং ৭ তা কোহিমাগী লম্বীদা মনিপুর য়োনবা থোং-লাম্লক্লে। পুরিব: থোংমী-লান্মী অসিনা কোম্মরক্কবা মাই হায়না থল্লম্বা ওইবা তাই কছাড়রোমদগী গুর্খা লান্মী ২০০ অমগা থারক্কবা কম্মিশনার সাহেবনা শিন্নল্লে।

কুইন্টনা থল্লিবদি মনিপুরদা হেক থুংবগা মহারাজ অমদি য়ুবরাজ য়াওবা দরবার অমা কোপ্পে মতুদা ভারত সরকারগী রায় হায়দোক্কে অতুগা দরবার অতুদগী য়ুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎপু নমতুনা ফারগা মনিপুরগী য়াংমদা লোই থাদ্বিনবা হোৎনবগে অসিনি। ভারত সরকারনশু কুইন্টনা শিল্লিবা খুজিন থোরাং অসিদা য়ানিংবা পীল্লে। মখোয়না থমবনা 'দর-বার' হায়বসিদি মহারাজ অমদি মহাক্কী অশুম অথৌ ময়াম য়াওরগদবনি। মখোয় থ্বাই য়াওবতুগী মমাংদা রায় অসি পাথোক্লগা য়ুবরাজবু মনিপুরগী য়াংমদা পুথিনবা শিনবদা মখোয়শু য়াওনা য়ারগদবনিনা অকায়বা করিশু লৈতে অসিনি।

আসামগী চিফ কম্মিশনার সাহেবনা মনিপুরদা করিগীদমক লাক্ল দৌরিবনো থঙখিদবনা গ্রীমউদ ডশোংনমক য়ায়া লাংতক্লখি। খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ্চ তাং ২১ দা কুইন্টন ওক্কপা সেকমাই ফাওবা চংলুবা অতুতদা অশেংবা মরম থঙখি। কম্মিশনার সাহেব অসিনা মনিপুরদা লাকপগী মরম অশেংবা থঙবা ঙমদবনা মনিপুরগী প্রজা পুম্নমক্কী মপুক্লিংদা য়ায়া কম্না চিংনবা অমা পোকল্লে। সুরচন্দ্র মহারাজবু মনিপুরগী নিংথৌ ওইহল্লবা কুইন্টন লাক্লিবনি সুরচন্দ্র মশামকশু কুইন্টনগা লাকমিন্নে হায়না মক্কম পুম্নমক্কা ঙাংনখি। ঙাংনরকপা য়াক্কম অসি অরানবনি হায়না সনা কোনুংনা নিংঙাইদনা লৈ-থাকপা ঙমখিদে। মহারাজ সুরচন্দ্রনা মনিপুরদা ডশেংনা লাকপা থোক্লবদি মহাকপু থিংনবা অরাম্বা থৌরাং কয়া অমা সনা কোনুংনা শিনখি।

# মখোঙনা মং থিজবা



খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ্চ তাং ২২ গী অয়ুক্তা আসামগী চিফ কমিশনার মনিপুরগী কোনুং ইম্ফালদা থুংলরে। হেক থুংলবগা দরবার তৌগনি হায়না হিরাং লাংই। মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ অমদি মনাও ইবুংঙোশিং পুম্নমক দরবার য়াওবিয়ু হায়না পাও থাই। মহারাজ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংনা দরবারশঙদা লেঙলকত্রিঙৈদা রেসিডেন্সি অসি পুম্নাও লাওই। করিনো অমা থোক্লবা য়াই হায়না নুংশা থীনখিবদগী রেসি-ডেন্সি অসিদা থবক তৌজবা মীওই কয়া অমদি কাররুদবা কাওবা য়াও-ম্রবনি। দরবার শঙগী থোঙ লোইনমক খিংজিল্লি। চঙকমগী থোঙ অহুমগুংদি ময়াম চঙলক্লবা হাংদোক্লুনা থম্মী। থংনবা কা পুম্নমক্তা সি-ফাইনা গার্ড তৌহল্লি। রেসিডেন্সিগী অকোয়বদগু সিফাইনা কোয়না ঙাকহল্লি। কনাগুম্বা মীওই অমত্তদগু হায়দোক্লোই হায়না বাণল্লবা মতুংদা রেসিডেন্সিগী হেদক্লার্ক রশিকলাল কুন্দুনা ভারত সরকারগী রায় মনিপুর লোন্দা হন্দোক্লবা কয়া হোংনরি।

দরবারগী মতম য়োরক্লমুনা মহারাজ কুলচন্দ্র অমদি মনাও ইবুংঙো-শিং অতম অথোপ্পা লোয়ননা দরবার য়াওবা রেসিডেন্সিগী থোঙাল য়োয়রক্লে। অদুবু মহারাজ ওক্লবা মীওই অমা কাওবা রেসিডেন্সিগী থোঙালদা লৈরমগ্রে। মতম অসিদদি ভারত সরকারগী রায় অসি মনি-পুরীদা হন্দোকপা লোইরমগ্রি। মরম অসিনা মহারাজ লেঙলক্লে হায়না

পাও পীক্লরবদগ্ত মহারাজবু দরবারশগ্ত ভারা লেগুশিনহল্লকুবা কুইণ্টনা মীওই অমা কাওবদা শিল্লনবা ভৌথিজ্রে। কুইণ্টনগী থৌরাং অসি অগুক-পনি। মনিং তমজবা জৈবাক অমগী নিংথৌবু মশামক্কী মমৈবাভা ওাকপীকম থোক্ত্রবা ইকাইব' পীবভা নত্তনা মহাক মশামক্লা দরবারশগুলা লাকপদবু ব্রিটিশকী য়াথং ওাইহমবা ভাহনখি। মহারাজ অমদি অগুম অথৌ পুম্নমকপু ভারত সরকারগী রায় অসি মনিপুরীদা হন্দোকপা লোই-ত্রি কাওবা রেসিডেন্সিগী থোঙ্গাজদা নুংশা মরক্তদা ক্ষোত্নুনা থমখি। মরম অসিদগী শ্রীমতি গ্রীমউদনা হায়, "মহারাজ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংবু রেসিডেন্সিগী থোঙ্গাজদা কুইনা ওাইহল্লমদ্রবদি তুংদা থোরক্লদবা থৌদোক-শিং অসি থোক্লমদবত্ত য়াবনি"।

ভারত সরকারগী রায় হন্দোকপা ওাইরিডৈদা মনিপুরী সিফাই থরনা তুমিন্না রেসিডেন্সিদা চগুথিত্নুনা মনুংদা ভৌনরিবা ইরাংশিং অত্ত রেংথোক-মুরে। থোরক্লপা মনুংগী ইরাং মরামত্ত যুবরাজদা শিংশিংনা তত্নরে। কুইণ্টনা মনিপুরদা লাকপগী মরম, মতাক্লা মনিপুরদা হেক থুংজবগা ভৌর-ক্লিবা ইরাং মরাম অসিদা যুবরাজদি চিফ কমিশনার অসিগী শাজংতা হায়না য়ায়া চিংনত্নুনা জৈরম্নবনি। মনাইশিংগী পাও হেক তাবদগীদি চিংনরম্বা অত্নমক থোক্লে হায়বা অরেপ্পা খগুপ্রে"। কুইন্টনগী দরবার অসিদি মহাকপু ফাননবা ভৌবা দরবারনি হায়বা খগুলত্নুনা যুবরাজ টীকেন্দ্রজিংতি মনাও ইবুংঙো অঙোসনাগা সনা কোম্নুংদা অত্নমক লেগুশিনরে।

ভারত সরকারগী রায় মনিপুরীদা হন্দোকপা লোইরত্নুনা মহারাজবু লেগুশিনবিরক্লবা হজংলুবদদি মনাও ইবুংঙো টীকেন্দ্রজিং সিংহদি রাও-রমরে। যুবরাজতবু ফানবা ভৌরগ দরবার অত্নদা যুবরাজ রাওত্রবা অত্নদদি দরবার ভৌররোই হায়না আসামগী চিফ কমিশনার সাহেবনা মরোল লোলথংলকলে। দরবার তৌবদি ল.মরত্নুনা মহারাজগা চুমতগী উনবিয়ু হায়রকুবা ফাওবদা যুবরাজ রাওত্রবা অত্নদদি কমিশনার সাহেবনা রারকত্রে। মমৈথংদা গ্রীমউদনা কম্না হায়জবদগী কুলচন্দ্র মহারাজনা

মমাও ইবুংঙোম্বু দরবার অসিদা য়াওরনবা পাওদি থাদ্রে। অদুবু হৌখিবা নুমিৎতা একাদশিংগী চয়া হেল্লুবা, অমদি অয়ুক পুং ১০ দগীনা নুমিৎ মুংবা মতুং ফাওবদা রেসিডেন্সিগী থোঙাজদা নুংশাদা ফোংনা লেপ্লুবা, অদুনা চা-ল-না হকচাং শুমদবদগী দরবার অসি য়াওবা শুম্নরোই হায়না পাও অমুক হন্দোকলরে। যুবরাজ য়াওত্রবা অদুদদি দরবার অদুগু মথং নুমিৎকী অয়ুক পুং ৮ তাবা মতমদা ভোজয়গে হায়না কুইণ্টনা মহারাজদা হজংঙে লোয়ননা যুবরাজগু লোয়রদনমক্কী লেঙবীরক্কবা হায়জরে।

মথংগী অয়ুক্তা হায়বদি তাং ২৩ গী অয়ুক্তা চিফ কমিশনারনা দরবারগী থৌরাং কয়া তৌরিঙৈদা যুবরাজদি চা-ল-না কয়া নাখিবদগী দরবার য়াওবা শুমদবা তারে হায়না পাও য়ৌরকলে। যুবরাজ য়াওত্রবনিনা মহারাজগু দরবার য়াওবা লাকপগী কায়বা লৈত্রে লেংলকলরোই হায়না পাও হোদোকলরে। দরবার তৌরগা যুবরাজবু ফাগবা হোৎনখিবা কুইন্টনগী থৌরাংনা মহৈ য়াদ্রবদা অতৈ উপাই অমমুক লৈত্রদুনা আসামগী চিফ কমিশনার সাহেব গ্রীমউদ অমদি মিস্পসনবু সনা কোনুং তাম্না থাগ্পা ভারত সরকারগী রায় অহু মহারাজদা হজংহল্লুবনা ফরগনি হায়না লেপখ্রে। মরম অসিনা নুমিদাংবাইরমগী পুং ৫ তাবা মতমদা এজেন্ট সাহেব অমদি সিম্পসন্না সনা কোনুং তাম্না লাক্লুনা ভারত সরকারগী রায় অসি মহারাজদা হজংখি। ভারত সরকারনা মহাকপু মনিপুরগী নিংথৌনি হায়না শকথঙবিবা অদুগী তৌবিমল থঙবা উৎপা অহু এজেন্ট সাহেবতা মহারাজনা ফোংদোকলম্মী। টীকেন্দ্রজিৎপু বন্দি ওইনা ইংরেজদা পীথোকপগী রাকম অসিদি যুবরাজনা নাবা ফরগা লৈবাক্কী অঙম অথৌ য়াওনা তাম্নরগা কোম্না থঙহন্নকে হায়না এজেন্টতা থঙহন্ন্রে। মহারাজগী পাওথুম অসিদা লেমবা শুমত্রদুনা যুবরাজ মপামক্তা অমুক্তংদি উনজগে হায়না গ্রীমউদনা মহারাজদগী নিজরে। এজেন্টকা উনদুনা বারী শানবা মতমদা যুবরাজনা মনিপুরগী রাংমদা চংখিবা হায়বা রাকম অসিদা থোইদোক্ল। য়ানিংদবা উংখিবা তৌদে। তৌবগীদি যুবরাজগী হকচাং

ঈবা ক্ষরগা মন্নাম্বুং মহারাজ অমদি অঙম অথৌ কন্নাপা ভান্নরগা অয়েঙ্গা মরোল থঙহল্লগে হায়না এজেন্টতা তাকপিরে।

হোৎনরুবা পুম্নক্কা শোম্নজিন্নরুবা অসিদদি মত্তিক লৈরবা আসামগী কম্মিশনার সাহেব লৈতাক্কম থঙখিদ্রে। অহিং অথেংবদা যুবরাজ শঙ্গাইদা লান্দারগা টীকেন্দ্রজিৎপু নমত্নবা ফারগে হায়না থনপ্রে। খুদক্তা আফি-শারশিংগী মীটিন অমা কৌরগা যুবরাজবু নমত্নবা ফাবগী ৱারম অসি কম্মিশনার সাহেবনা মরামগী মমাঙদা হৌদোরকলে। কর্নেল স্কীন অমদি অতৈ আফিশারশিংনদি ৱাফম অসিদা য়ানিংবা পোক্তে। মরমদি মতম অসিদা খুৎতা লৈরিবা সাহেবকী লান্মী মশিং অসিদি য়ায়া য়ামথি দরে। লান্দারগা যুবরাজবু ফানবা থোৱাং তৌবা ভারবদি লাংথবান্দা লৈরিবা সাহেবকী লান্মী অমদি লান্মী অসিগা লিন্নবা লাকপা কছাড় থাদোকপ্রবা সাহেবকী লান্মী ঙাইরগা মথাগী থবক চৎথবনা মায় পাক্কনি হায়না মত্ত পীখি। লান্মী ঙাইবগী ৱাফম অসিদনা কুইন্টন্না য়াবা কৌবা মরৈখিদ্রে। মখিং চৎলবা অফিসার অসিগী থোৱাং মন্নাম মথং মথং কাম্নথরকপা অত্নদদি ইকাইখিবনা অচুম্বা হায়জরকপা ৱাফম অসিদা ফাওবা কুইন্টন্না য়াখিদ্রে।

নুমিৎ অসিগী নোংয়াই মভুং পুং ৩ লোম তাবা মতমদা ক্যাপ্টেন বুটচর, লেপ্টেনেন্ট ব্রেকেনবিউরী অমদি লেপ্টেনেন্ট লুগার্দনা সিফাই ২০০ গা লোইননা যুবরাজ শঙ্গাইদা লান্দারে। লান্দারকলিবা সাহেবকী লান্মীনা অয়ুক অঙনবদা যুবরাজ শঙ্গাই খুত্নম চল্লে। অত্নবু যুবরাজদি শঙ্গাইদা লৈরমদ্রে। মনিপুরগী কোইরেং যুবরাজ পাইবা হৈ লৈবাক্কা ঙাংনবা অচুম্বা ওইনা থোকলরে। যুবরাজ লৈরমদ্রবা অত্নদদি অমুক্কা হেন্না নিংবা কাইথ্রত্নবা লান্দারকলিবা সাহেবকী সিফাইশিংনা যুবরাজগী শঙ্গাই-শংবা সিফাই অমদি শঙ্গাই ইমুংগী মনাই মশম য়াওনা হাৎলে। যুবরাজনা লাংলিব বৃন্দাবন-চন্দ্রগী লাইশংদা থোংউপ য়াওনা কাখৎখিত্নবা সনা লুপা কয়া হুরাল্লে। কর্নেল স্কীনগী য়াথংদগী লান্দারকলিবা সিফাই

অমদি রেসিডেন্সিদা লৈহৌরিবা সিফাইশিংনা উপম লৈকাই, য়াম্বেম লৈকাই, শাইখোম লৈকাই অমদি রেসিডেন্সি মনিংগী কষুইখুনগী য়ুম কয়ামরুমশু মৈ থাদোকলে।

সাহেবনা য়ুবরাজ শজাইদা লান্দাররুবা ফাওবা টীকেন্দ্রজিৎ শাথে-ত্না লৈখি। ময়াল লৈজদ্রবা প্রজা কয়া হাংলকপা অমদি মীওই কয়াগী য়ুম মকৈ মৈ থারকপা অসিগদি য়ুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ তুমিন্না লৈথোক্কপা ওমদ্রে। মহাক্না নুংশিজরবা মরৈবাক্কী লাল্লদ্রবা প্রজাশিংগী মথক্তাই কন্নবা খুৎলাই পাইথংপা ভাবে। মহাক্কী য়াকাদবু য়েংত্না লৈরম্লবা মথক্তাই শোক্লবা মনিপুরী লান্মীশিংনা মাইকৈ মরিদগী কোইশিল্লগা সাহেবশিংগী মথক্তা অভংপা লৈতনা নোংমৈ কাপশিল্লক্লে। ভোবিমজ হায়বা মচেং অমা খণ্ডদ্রবা ইংরেজ জাতিগা অমুক মরূপ ওইত্না লৈরুবনা লৈবাক্কী কান্নবা পুরক্লরোই হায়না খল্লত্না মখোয়না তিংবা টেলিগ্রাফ তারানচিংবা পুন্নমক সনাকোনুংগী লান্মীনা ককথংলে। মাইকৈ অনিদগী অভংপা লৈতনা নোংমৈ কাপল্লত্না অক্ষমবা লাল শোক্লরকপনা নুমিদাং-য়াইরম য়োল্লকপদদি ইংরেজ লান্মীগী নোংমৈ গুলি লোইথোক্কল্লে। টীকেন্দ্রজিৎ সিংহবু ফারুবগী য়াথলদি লাইরত্না লাল কয়া শোক্লরিবা ইংরেজগী লান্মী অমদি রেসিডেন্সিদা মথক্তাই চেংশুম চেংগানরত্না লৈরবা সাহেব ময়াম কয়া কনগদগে থনবদা আসামগী চিফ কমিশনার মচিন-বান মথক মথা কংল্লে। ফীভম অশুম অশুম ফংচিল্লকত্রবা অমদি উপাই লৈরক্ত্রত্না মথক্তাই হিংনবা খুৎলাই থাবে হায়বা বেজ্ঞল খোংলো হায়বা আসামগী চিফ কমিশনার অসিনা হুকুম ভোথল্লে। মনিপুরী লান্মীশিংনা জয় ওইরগদবা মিকুপ ফাত্রবনি। মরম অত্না লাল অসি লেপ্লসি হায়বা অসিদা য়ানিংলুনবগী মরম থক লৈত্তবনি। অত্নবু মনিপুরীশিংদি পুক-চেল চাওবা য়েক্লবনি। য়েক্লবগী অশোনবা থীত্না মায়পাকপা থক পামদে। থোইদোক্লা চণ্ডজররুবা মীবু য়েক্লবা ওইরবশু মথক্তাই কনবিনবা মশামক্কী ওইজবা পুন্নমক থাদোকপা ওমই। সাহেবনা চণ্ডজগে হায়রজ-য়কপগী বেজ্ঞল মখোল ভাবগা খুৎলাই থাজংত্না য়েক্লংগী মশুক কক্লে

থোৱাংলম্লবা মঁতৈ লাম্মীশিং থুংলাই থারে। নীংশিংলকই, কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা ভীষ্মনা সেনাপতি ওইরিঙৈদা লাল লেপ্পসি হায়না খোংবা মোইবুং মখোল হেক তাবদা য়েক্লবগী মকোক কল্লবা থাংশাং হাইগংলু-রবা ফাওবদা হায়থরকখিদনা লাল লেপ্পখিবা অদু। হৌনলোনচং অগুক মিংথিনা থগুলবা লৈবাক অসিগী মীওইশিং অসিবু শ্রীমতি গ্রীমউদনা। ওয়োক্লা লৈবাক মচা ভাদবা মগুংদা উংলকপা য়াওরিবা অসিগীদমক শ্রীমতি গ্রীমউদপু নিন্দা তৌদনা গুমদে। লাল অসিদা মচা মনাও কুয়া সাহেবকী লাম্মীনা মীনুংশি থগুদনা হাংথিবা অমদি মরাল লৈজন্দ্রবা প্রজা কয়াগী মযুম মকৈ মৈ থাদোকপিশ্রবা ফাওবদা মখোয়দি লমন থুম্মিংবগী রাখল থক লৈখিদে।

লাল তোক্লবগী মরম ভাকপিরক্লবা আসামগী চিফ কম্মিশনারনা মনিপুরগী মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহদা চিঠি অমা কংলক্লে। মরোলদি, "করি করম তৌরগা মহারাজনা ঐখোয়গী ইথক্তা লোংমৈ কাপ্পা তৌক-পিগদগে। টেলিগ্রাফকী তার শমজিলগা ভাইসরোইগা রা গুাংনবগী মতম পীবিগদগে"। চিঠিগী পাওখুম ওইনা মহারাজনা অগুয়া থগুহনখি, "ঐহাক্তী নখোয়গা থংনগে হায়বগী রাখল থক লৈখিদে। নহাক্তী সিফাইশিংনা ঐমক্তী কোনুংদা লান্দারক্লবা অদুদদি ঐগী প্রজাশিংনগু মশা মশা কজনবা থুংলাই অদুক পায়খিবগুনি ইংরেজ্জী পাবা অমদি থগুবা গুম্বা মীওই অমত্তা হৌজিকমক ঐগী ইনাক্তা লৈত্তে। নগুগী চিঠি অসিনা লাল হেক লেপ্পবগা থারকপনিনা নহাক লাল চথবা পামদ্রে হায়না ঐহাক্লা লৌরে। নগুগী সিফাইশিংনা থুংলাই থাদোক্লবদি ঐহাক নগুগা রা গুাংনগনি অদুগা ভাইশিম্নবা রারমদগু থম্নগনি"। পাওখুম ফংবগা কুইণ্টয়া মহারাজ কুলচন্দ্র অমদি মনাও ইবুংঙো টীকেন্দ্রজিৎ সিংহগা উনরগা রারা শানিংলে। মরম অসিনা মহাক্লা গ্রীমউদ, কর্নেল স্কীন, লেপ্টেনেন্ট সিম্পসন, কোসিন্স অমদি বেঙ্গল খোংবা গুর্খা অমগা লোইমনা সনা কোনুংদা লাক্লে। আসামগী চিফ কম্মিশনার অমদি সাহেবশিংনা সনা কোনুংদা ফোংনা চগুলকলিবা অসি লাল হেক লেপ্পখিবদা

ঙাইরিৈঙেগী ঈ ফোং ফোং শানরিবা মতমদনি। মথোয়বু ঙাক শেনবিনবা মরমাইগী মীওইশু য়াওরক্তে। ঙাকপিনবা মনিপুরী লান্মী মহারাজদা নিজরকপশু তৌদে। ওকচাও থেক্রবা কুইণ্টনগী খোংথাং অসিদি মনিপুরী অমদি লৈবাক অসিগী মপু ওইরিবা টিনিংথৌ কাওবা থওইদে হায়বা তাক্লবনি অত্নগা মশানা থওজনা মশাগী মং থিজরকপনি।

মসা কোনুংদা সাহেবশিংগা মনিপুরগী অওম অথোৌশিংগা মতম য়াম্না কুইনা য়ায়ী শানরে। অত্তবু নাকল অনিমক্কা য়ানবা য়াক্তম অমত্তশু পুরকপা ওমদ্রে। করি য়ায় তাম্রবগে হায়বগী থওনিংবনা মনিপুরগী লান্মী ময়াম অমদি প্রজা শজ্ঞ্ শজ্ঞ্ মপান্দা লাংতক্লনা ঙাইত্না লৈরি। ইংরেজ সিফাইশিংগী খুৎলাই মনিপুর সরকারদা শিন্নরবতদা য়া ঙাংনগনি হায়না যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎতি লৈথোকপ্রে। ইংরেজ সিফাইগী খুৎলাইদি ইংরেজ রানীগী মপোৎনিনা রানীগী মরা তাদ্রবদি হায়রিবা য়াক্তম অসি য়াম্না ওমদে হায়দুনা আসামগী চিফ কম্মিশনারনশু শিশাং থাংলে। যুবরাজনা তাকপিরে, "মহাক্না তৌজখিবা থবক ময়াম অত্নদগী ঐথোয়না মহাকপু থাজদরে। ঐবু ফাননবা হোৎনখিবা, ঐগী যুমদা অহিং অথেঙবদা লান্দাবা, ঐগী ইনাই ইশল হাৎখিবা, মনিপুরী লান্মী ময়াম হাৎখিবা, লৈকাই ময়াম মৈ থাখিবা নওনা নত্রা ? মশা ফজনবা মনিপুরী লান্মীশিংনা ঙওাই ফজবদগী খুৎলাই অত্নক পাইখিবনি। মনিপুরনা ইংরেজগা লাল তৌননিংদে। অদু ওইরবশু নহাক্তী সিফাইশিংগী খুৎলাই ময়ামশি মনিপুর সরকারদা শিন্নদনা নওনা মচিন্নতা হায়বা অসিনদি নওবু অমুক হন্না ঐহাক থাজবা ওম্মরোই"। অসি য়োনা তাকপিরবা ফাওবদা খুৎলাই শিন্নবগী য়াক্তম অসি অসামগী চিফ কম্মিশনার সাহেবনা য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে।

তাইশিন্নবগী য়া ঙাংনবা অসিনা মহৈ য়ান্ত্রবদা যুবরাজনা মনাও ইবুংঙো অঙোসনা সেনাপতিবু সাহেবশিং অসি শোঈদ-ঙামদনা হজখিনবা সধা কোনুংগী সনথোং ফাওবা থীজ্জোকপিনবা তাকপিখি। লৈবাক

অসিগী প্রজা অম্নাখদি করি রাম্ন ভাগ্নয়কদগে হায়না গুসাইদগী য়াম্না খোয়াংনা ঙাইদুনা লৈরক্লবনি। ওরাং অহিংগী লালদা মচা মগু হাং-ভোকপিগ্রবা অমদি মমুম মকৈ মৈ থাদোকপিগ্রবা প্রজাশিং য়াওরিবা অসিদি থম্নখিবা অদু অমূকা হেন্না থওনিংনা ঙাইরক্লিবনি। করি রাম্ন ভাগ্নয়কদগে হায়না ঙাইরম্ব প্রজাশিং অদু সাহেবশিং অসিনা সনা কোমুংদগী মপাম্লোমদা হেক থোক্লকপা উবদা কনানগু খাম্ন নংহৌ-দনা অদুক য়ামগ্রবা মীয়াম অদু মখোয় তম্না ফুজিনগ্রে। যুবরাজগী মনাই কাজাউনা অহানবা খুংম্নাবা ওইনা মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেণ্ট গ্রীমউদপু ভানা লেংদুনা হাংলে। মকোক্তা থাওনা য়ানবদগী লেপ্টেনেণ্ট সিম্পসন শিবা য়ানা লোক্তুনা লৈমাইদা গুন্দুনা লৈরে। আসামগী চিফ কম্মিশনার য়াওনা লেমহৌরিবা সাহেবশিং অসি মফম খওদনা কোইচেন চেন্নুনা থাওলে। ভাঙ্গা অসিদা যাত্রাসিংহনা চেনশিল্লক্লুন দরবার হোলগী থোও নমখাইরে। সাহেবশিংবু হোল মনুংদা পুশিনবিদুনা মথরাই কনখিরে। সাহেবশিংগী লাও খোংবা অসি ভারদুনা যুবরাজ শঙ্গাই পাংলুরবা টীকেন্দ্রজিৎ থুনা লেওলক্লুনা সাহেবশিংগী মথরাই কনাবনবা দরবার হোলগী অকোম্নবদা সন্ত্রি ভোংনা থম্নীরে।

মতম অসিদা থাঙ্গাল জেনেরেলগু সাহেবশিংনা লাও খোংলকপা অসি ভারদুনা মফম অদুদা লাক্লে। টীকেন্দ্রজিৎ অমদি থাঙ্গাল মগু মপুনা সাহেবশিং অসিবু করি করম ভোগ্গদগে হায়না কম্না থম্নরক্লে। মনিং মথা জমজনা লৈবা লৈবাক অমগী মথক্তা লাল হোবা, মরাল লৈজদবা মনি-পুরগী প্রজাশিংবু হাংখিবা অমদি ইংনা লৈজবা প্রজাশিংগী মমুম মৈ থাবি-খগীদমক সাহেবশিং অসি ময়াল লৈরবনি, মরম অসিনা মখোয়বু শিবগী দণ্ডি পীফম থোক্লবনি হায়না থাঙ্গালনা যুবরাজদা হজংলে। রাফম অসি অচুম্বা ওইরবগু ময়াম্বুং মহারাজ অমদি অওম-অথো য়াওবা দরবার অমা মথংগী মুমিত্তা ভোরগ। সাহেবশিংবু মখোয়গী মতিক চাবা দণ্ডি পীবা অসিনা চুমগনি হায়না যুবরাজগী অনিংবা কোওদোক্লম্মী। মগু মপুনা রাফম অসি কম্না থম্নব্রিঙৈদা যুবরাজদি হৌখিবা নুমিৎ হুমনিগী মমাংদগী

একাদশিগী চরা হেন্নকপা, দয়বারগীদমক লেঙলকপদা রেসিডেন্সিগী খোঙাল্দা নুংশা কৌখিবা, লোইননা সনা হকচাং ঈখিবা, অহুম্নীগুম মথক্তা যুবরাজ পঙ্গাইদা সাহেবনা লাল তারকপদগী অহিং তুমদনা লাজথেংননবা হোৎনখিবা ময়াম অসিদগী সনা হকচাং চোকথখিবনা খাঙবা ওন্নকুন্না ফয়া-ফয়া ওইহল্লুং চেপ্লম্মী। যুবরাজনা চেপখিবগী খুদোংচাবা লৌরহুনা জেনেরেল থাঙ্গালনা য়েংথোয়বা কৌরগা সাহেবশিং'শি ফিডাং শেংপশিংদা শিন্নথোকপ্রো হায়না সনা য়াথং তাকপিরে হায়না খঙহল্লে। অসুম্না সাহেব মরি অমদি গুর্খা সিফাই বেঙ্গল খোংবগু য়াগুনা অঙাং ওলহনপ্রে। য়াচুমগুবা পুন্না ইবশিংবা হায়রবা "শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক তাপনি" হায়বহ্র চয়রে।

আসামগী চিফ কমিশনার অমদি মহাক্না চংমিন্নখিবা সাহেবশিংনা হন্ন-কপা মরৈত্রবা অমদি সনা কোনুংলোমদগী রেসিডেন্সি তয়া নোংমৈ কাপ্পা অমুক হোৎলক্লবা অসিদদি মনিপুর অমসুং ব্রিটিশ লৈবাক অনি অসিগী মরক্তা শান্তি ওইমা তাটশিন্নরকখিনি হায়বগী থাজবা অসি রেসিডেন্সিদা লৈহৌরিবা সাহেবশিংনা থাজবা য়াংলক্লে। মতম অসিদদি রেসিডেন্সি ঙাক্লবা হোৎনবগী উপাইগু লৈত্রে,। মরমদি সরকারগী ট্রেজরিদা থাক্লুনা থম্মা নোংমৈ মরু ফাওবা লোইথোকপ্পবনি। উপাই লৈয়কত্রহুনা রেসিডেন্সিদা লৈহৌবা সিফাই ২০০ গ্গা লোয়ননা লেপ্টেনেন্ট গোর্ডোন অমদি থোইজুনা শ্রীমতি গ্রীমউদ পুরহুনা ভোংজৈ মরিলগী লম্বীদা কছাড় য়োনবা খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ্চ তাং ২৫ দা ইম্ফালদগী চেক্লকলে। সাহেবশিং অসিনা চেনখিবগী পাও হেক ফংবগ্গা বিশেনপুর, লৈমতাক অমদি খো-প্পুমদা লৈবা পুলিসকী থানাশিংদা মখোয়মু থীংননবা পাও থাপ্রে। অদুম্ম শ্রীমতি গ্রীমউদনা চেক্লখিবদদি মঙোন্দা অথিংবা পীবিদনবা সনা য়াথং পীপ্রে।

ঈরাং কল্লিতৈ মতম অসিদা তুম্ম্ ফাওবা টেলিগ্রাফকী তারা তিংগনি হায়রুনা ইম্ফালদা লাকখিবা টেলিগ্রাফকী সুপরিনটেনডেন্ট মেলভিল অমদি মহাক্না লোয়নরকপা ওঃ ব্রাইন ঈয়াং মতা অসিদা কিয়রুনা তুম্ম্

চংপা ভোকলে। খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ তাং ২৩ দা কোহিমাগীদমক ইঙ্কাজ থাদোকখ্রে। মরুপ ওইবগী মরি ককথংনরবা অসিদদি সাহেব অনি অসিনুগু কোহিমা য়োংহনখিবা চুমদ্রে হায়না সনা কোনুংনা খনরে। সাহেব অনি অশিবুগু অঙাং ওলহন্দু হায়ব য়াথং কংলন্নুনা চরাই থাজাজনা থাঙ্গাজ খুলগী থাংবা, থাংলুবা অমদি অথুমচিংবা ময়াংখাংগী প্রজাশিংনা ক্কারগা তাং ২৪ গী নোংঙাক্লমদাইদা ময়াংখাংদা অঙাং ওলহনগ্রে। অদুমু শ্রীমতি গ্রীমউদ অমদি মহাক্কা লোয়নবশিংনুদি খুদোংথীবা থোইদোকপা য়াওদনা কছাড় য়োনা চেনখ্রে।

দরবার তোরগা ফাগদোব্রিবনি হায়না লেপ্লদুনা মনিপুরগী যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎপু দরবারদা লাকপিনবা কোরুবা অসি, আসামগী চিফ কম্মিশ্‌নার কুইন্টনগী য়াম্না চাউথ্রবা অশোয়বা অমনি হায়না ভারত সরকার অমদি ব্রিটিশ সরকারনা লৌখ্রে। অদুমু মতম অসিগী ভারতকী ভাইসরোই লর্ড লেন্সডাউন্নদি কুইন্টন অমদি মহাক্কা চংথখিবা থোরাংশিং অসিমু শোগংলি। মহাক্কা সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট ফোর ইন্ডিয়াদা অশুম্না হায়, "মীথাদি পোল্লবা অদুবু নিংথৌদি পাল্লিবা ষ্টেটশিংদা নিংথৌ ফম শিন্নরকপা মতমদা কম্নি হায়না অমদি করম তৌনা রায় তাথোক্কদগে হায়বসিদি ব্রিটিশ সরকারগী মথৌনি অমদি মশিলনি। মনিপুরদি মীথা পোল্লবা নিংথৌদি পাল্লিবা ষ্টেট অমনি। লৈবাক অসিবু ঐথোয়না বর্ম্মাদগী কনবিবনি। নিংথৌ খুতম শিন্নবা খুদিংগী ঐথোয়না য়ারবা মীওই অদুতনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইরক্লবনি। ঐথোয়না নিংথৌনি হায়রদুনা য়াথ্রবা মীওই অমগী (সুরচন্দ্র) মথক্তা লাল হৌরবা অমদি লাল হৌরিবা কাংবু অদুনক্ত মায় পাকথ্রগা মথোয়মু দন্দি পীদনা লৈথোকপা হায়রবসিদি য়ানিংকম থোক্তে। থোইদোক হেন্দোক্না মনিপুরগী লৈঙাকলোজগী পাজল পুয়মক (ঐথোয়বু য়াদবা) সেনাপতিনা (টীকেন্দ্রজিৎ) পায়খিবা হায়রবসিগু ঐহাক্তী য়ানিংদে। সেনাপতি অসিনা সেপ্তেম্বর ১৮৯০ গী লাজসিগী জুচিংবনি। মরম ময়াম অসি লৈবনা সেনাপতি অসিমু মরৈবাক্তী মাংমদা পুথোক্লগে হায়না লেপখিবনি। কুইন্টন্না দরবারদগী

সেনাপতিবু ফানবা হোৎনখিবা থৌরাংশিং অদুগী মরমদা পোম্ন লোম্নদে হায়না খিগৎলবগু সেনাপতি অসিবু ফায়গা মরৈবাক্কী রাংমদা পুথোকখিং-মবগী রায় অসি মনিপুরগী দরবারদা হায়দোকহনবগদি অকায়বা করিগু লৈতে।" হজক ভারত সরকারনা পাওথোকখিবা থবক অসি ব্রিটিশ সরকারনা ফাদবা রাদন্না রাগ্রবগু দরবার কোৌরগা মনিপুরগী যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎপু ফাগনি হোৎনখিবা কুইন্টনগী থৌরাং অসিবুদি য়াম্না নুংঙাই-তদ্রা লৌশ্রে। ভারত সরকারগী রায় অসি মতম চানা লৈবাকমচা ভাবা মওংদা মনিপুরগী মহারাজ অমদি যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎতা আসামগী চিফ কমিশনার সাহেবনা থগুহল্লম্রবা, যুবরাজ নমদুনা ফান্বা হোৎনবা ; অহিংগী হুরাল ল'ম্না অসি তৌরমদ্রবা, অহিংগী লাল অসিদা মরাল লৈজদ্রবা মীওই-শিং হ ৎলমদ্রবা অমদি লৈকাই কন্না 'মৈ থারমদ্রবদি লৈবাকমচা অসিগী ইতিহাসকী ঈচেল অসি মাইকৈ অমরোমদা চেম্বরবগু য়াই হায়না নিগুই। পুম্নমক ওন্না-ভৈনবা মাইকৈদা পুরক্লবা শিনগ্রবা কুইন্টনগী থৌরাং অসিবু নিং তম্না হিংজবা পান্না লৈবাক অসিগী মীওই খুদিংমক্না ঙাকপিম্না থক গুমদ্রিবসি মরম অসি লৈবননি।

# নীংতম্বা ভাক্লবগী লাঞ্জাও

আসামগী চিফ কমিশনারনচিংবা সাহেবশিং অভাং ওলহনখিবগী পাও অসি ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলসকী জামাদার বীরবল নগরকোতিনা সিপাই ৩০ থক্তা লোয়ননা, তুম্মু ভান্না চেনখিদুনা ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফেন-ত্রিগী লেপ্টেনেন্ট জিঃ জেঃ ডবলিউ গ্রান্টতা তম্মে। পাও ফংবগা গ্রান্টনা ভারত সরকারদা টেলিগ্রাম থারে। মহাক মশামক্তা মাদ্রাজ ইনফেনত্রিগী সিফাই ৫০ অমদি নগরকাতিগা লোয়নরকপা গুর্খা সিফাই ৩০ পুরদুনা খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ তাং ২৮ দা তুম্মুদগী মনিপুরগী কোনুং তম্না হাইগৎ-লক্লে। গ্রান্টনা লান্মারকপগী পাও ফংবগা সনা কোনুংগী লান্মী ১০০ য়েনখোয়বা মেঙ্গোরনা লুচিংদুনা লান থেংনবা থারকলে। মনিপুরী লান্মীনা গ্রান্টকী লান্মীবু ইম্ফালদগী মখায়োমদা মাইল ১৪ রোম হাইথ-রগা লৈবা থোবালদা থিংদুনা থমলে। সনাখ্বা য়াইস্কুল লাকপা মঙ্গা-ইবুংঙো শঙ্গোইসনা মনিপুরী লান্মী ১০০ পুরদুনা য়েনখোয়বগী মতেং পাংনবা থোবাল তান্না লাকখি খুৎথেংনবা শোক্লবা লানফমদা সনাখ্বা য়াইস্কুল লাকপা অমদি মঙ্গাইবুংঙো শঙ্গোইসনা মরৈবাকী নীংতম্বা ভাক্লবা হোৎনবদা মথয়াই কংখ্রে। থোবাল তুরেল লান্নবা হোৎনবদা ভুলিনা পান্দুনা গ্রান্ট অমদি নগরকাতি শিবা য়ানা শোকখি। নাফন অনিমক্তী সিফাই য়াম্না শিখি। হিংহৌরিবা ইংরেজ সিফাইশিংনা গ্রান্ট অমদি নগরকাতি পুদুনা লান হন্দোকখি। মনিপুরী লান্মীনা মমাই লৈরবা ইংরেজ সিফাইশিংবু তাম্নরে। ইংরেজ সিফাইশিং মখোয়গী লুচিংবা গ্রান্ট য়াওনা অতংপা লৈদনা কাপশিন্নক্লিবা সনাকোনুংগী লান্মীগী

গুলিদগী মথৱাই কম্নবা হোৎনবদা মচিনবান মথক মখা কংপ্রে। চিরক্লবা তাঙ্গা অসিদা ইংরেজ সিফাইশিংগী মরাইবক কবনা, গুর্খা লাম্মী ৪০০ মাউন্টেন গন অনি পুম্বন মেজোর জেসলি অমদি মেজোর কোক্সনা গ্রান্টকী মতেং পাংলরে। অনৌবা লান্মীশিং অসিগী মতেংদগী গ্রান্ট অমদি মহাক্কী সিফাইশিংগী মথৱাই হিংজরে। অতুম ওইনমক অতৎপা লৈত্তনা কাপশিল্লক্লিবা সনাকোনুংগী নোংমৈ গুলি মরক্তা, মশিং য়াম্নবা ইংরেজ সিফাইশিং থাগুবা ৱারক্লদুনা পলেল তান্না লাল হন্দোকলে। মফম অসিদা লানবন শাদুনা অনৌবা থোমজিল্লকদবা ইংরেজ লান্মীবু ঙাইদুনা লৈরে।

গ্রান্টনা তুম্মদগী তোরকপা টেলিগ্রাম ফংবগা ভারত সরকারনা মনিপুরগী মথক্তা লাল তৌরে হায়না খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ তাং ৩১ দা লাওথোকলে। মাইকৈ অহুমদগী মনিপুরদা সাহেবকী লান্মী তেঙ্গোল অহুম থারক্লে। অয়াংলোমদনা কোহিমাদগী, মখারোমদনা তুম্মরোমদগী অদুগা নোংচুপলোমদমা তোংজৈ মরিলদগী। জেনেরেল কোলেটপু লান্মী তেঙ্গোল অহুম অসিগী সেনাপতি ওইনা থারক্লে।

কোহিমারোমদগী থোমজিল্লকলিবা সাহেবকী তেঙ্গোল অসি জেনেরেল কোলেট মশামক্তা লুচিংদুনা লাকই। মহাক্কা লোয়নরকপা সিফাইনা সেভেন পাউন্দর গন মরি লোইনবা ৮ শুবা বেঙ্গোল মাউন্টেন বেটারী, ১৩ শুবা অমদি ৩৫ শুবা বেঙ্গোল ইনফেনত্রিগী সিফাই ময়াম অসিনি। কোহিমারোমদা চঙশিল্লক্লিবা ইংরেজ তেঙ্গোল অসি সনাখ্যা থুরাই লাকপনা লান্মী ১০০০ অমগা লোয়ননা ময়াংথাংদা থেংনখি। মাইকৈ অশোমদা সনাখ্যাগী ভুং ইনখিবা অথোবশিংদি লাইশ্রম জম্ভুবাম মেজোর, মাব্য ডামব্রসিং সুবেদার, হৈক্রজাম্বা পোইলানচিংবা শীংথান্দবা য়াই।

তোংজৈ মরিললোমদ: লাকলিবা ইংরেজ লান্মী তেঙ্গোল অসি লেপটেনেন্ট কর্নেল রেনিক্না লুচিংদুনা লাকই। সিফাইনা সেভেন পাউন্দর গন অনি লোয়নবা ৮ শুবা বেঙ্গোল মাউন্টেন বেটারী, কলিকাতা ভোলুন্টিয়ার রাইফল ফোর্স, ৩ শুবা বেঙ্গোল ইনফেনত্রি, ১৩ শুবা বেঙ্গোল

ইনফেনত্রি অমদি গুর্খা রেজিমেণ্টকী অহানবা বেটালিয়নগী সিফাই ময়াম অসিনি। মজা ইবুংঙো কালাসনানা লুচিংলা মনিপুরী লাম্মী ১০০০ অমনা তোংজৈ মরিলদা লান্দারক্লিবা ইংরেজ সিফাইশিংবু লাইমতোন চীংথক্তা থিংহনা থমথি। মাইকৈ অশোমদা সনাখ্যাগী তুং ইনথিবা মনিপুরী অথোবশিংদি ওানবা লৌরুংপুরেল, য়েনখোইবা পোইলা, লোংজম পোইলানচিংবা লীংথানবা য়াই।

তুম্মুরোমদা লান্দারক্লিবা ইংরেজ লাম্মী তেজ্পোল অসি জেনেরেল টিঃ গ্রাহাম্না লুচিংই। সিফাইনা সেভেন পাউন্দরগন মরি লোইনবা ২ শুবা মাউন্টেন বেটারী রোয়েল আর্টরী, কিংস রোয়েল রাইফল কোরগী ৪শুবা বেটালিয়ন, ৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী ২ শুবা বেটালিয়ন, অমদি মাদ্রাজ ইনফেনত্রিগী ১২ শুবা রেজিমেণ্টকী সিফাই ময়াম অসিনি। লান্দারক্লিবা ইংরেজ লাম্মী অসিবু থোবালগী লানফমদা মরৈবাকীদমক নুংশিপ্রবা সনাখ্যা য়াইস্কুল লাকপা, মজা ইবুংঙো শঙোই সনা অমদি অতৈ অকল-অথো কয়াগী লমল খুম্নিংলিবা য়েনখোইবা মেজোরনা লাম্মী ৭০০ পুরহনা খোংজোমদ ফৈঙাক ফৈনা থিংহ্ল্রে।

কোহিমারোমদগী লান্দারক্লিবা সেনাপতি জেনরেল মাওবা কোলেট অচৌবা তেজেল অসিনা মনিপুরী লাম্মীবু মাইথীবা পীনবা হোৎনবদা মহৈ য়ানদ্রে। মনিপুরী লাম্মীনা ময়াংথাংদা তেজ্পোল শাহনা খিংখিবা অসি সাহেবশিংগী য়ানা থোক্লবা লানফম ওইখ্রে। উপাই লৈত্রহনা লান হন্দোক্লগা জেনেরেল কোলেট খুবী চিক্লনা থাওখ্রে।

তোংজৈ মরিলগী লালদি য়ায়া কম্না শোক্লরে। লাইমতোন চীংথক্তা লানবন শারিবা মনিপুরী লাম্মীগী মথক্তা লান্দারক্লিবা ইংরেজ লাম্মীনা খুহুম চন্নবা হোৎনবদা মহৈ য়ানবা ঙমদ্রে। তাঙ্গা অসিদা থাংজম খোগেন্দ্র সিংহ, খুমন্থেম পাথর, অমদি চাংগী মীওই কয়া অমনা লানবন অসি য়োবা য়াবা, অরোনবা লম্বী কয়া কর্নেল রেনিকভা তাকথোকপ্রে। অথুপ্পা লম্বী খণ্ডথিবদগীদি মাইকৈ মরি মঙা থোক্ল সাহেবকী লাম্মীনা মনিপুরী লাম্মীগী মথক্তা অতং অখম লৈতনা লোংমৈ কাপশিনবা হেৎরক্লে। খাঙবা

ৱারবা সনা কোনুংগী লান্মীনা লমাংদোং ময়া ভান্না লাল হন্দোক্লুনা ইংরেজ লাম্মীবু থিংখি। য়েক্লবগী লান্মীনা অশুম থোমজল্লকপা মনিপুরী লান্মীনা ময়েং অশুম ভাশিল্লকপা অদুদা মজাইবুংঙো কালাসনানা অনৌবা লান্মী অমদি ভোপ থাবিরক্লবা সনা কোনুং ভান্না পাও থায়কখি। শগোলপাও অসি ফংলবগ সনা কোনুংনা তোংজৈ মরিলগী লানফমদা অনৌবা লান্মী অমদি ভোপ থাজিন্দুনা ভেংবাঙনবা হোৎনবদা অহাবা ওইগ্রে। মভাং অসিদদি ভুম্মুরোমদগী অভৎ-অথম লৈভনা থোমজিল্ল-ক্লিবা ব্রিটীশকী অচৌবা লান্মী ভেঙ্গোল অসিভবু থিংনবা থমগ্রে। নিংঙ-ভমগী মতম লোইশিল্লকদোরে খঙলবা মজা ইবুংঙো কালাসনা অমদি অতৈ অকন অথৌ পুম্নমক্কা লেমহৌরিবা লান্মীশিং অদুভগা লোয়ননা অনৌবা লালওং কয়া পুথোক্লুনা, তোংজৈ মরিলগী লাল অসি অনৌবা থৌনাগা লোইননা থেংনবা হোখ্রে। অদুবু লাইবক থীরিবদি মনিপুরী ভেঙ্গোলগী ফীভম অসি অশুম ভাওবা হৌরক্লে। লালগী লুরবা মভাং অমদা লাকপা হোখ্রে। মথংদা করি থোক্লবা মীপুম খুদিংনা ভাইদুনা লৈনখ্রে।

## থোংজোমগী লাল :

অহুমশুবা বর্মাগী লাল (খৃঃ ১৮৮৫-৮৬) লোইরবা মতুংদদি অরা লৈবাক পুম্নমক সাহেবশিংগী ওইখ্রে। মরম অসিনা মতম অদুগী ভারত সরকারগী কোনুং ওইরম্বা কলিকভাদগী রেঙ্গুন, রেঙ্গুন্দগী মন্দলে, মন্দলেদগী নিংথি তুরেল মরিল ইম্ফাগা ভুম্মু য়োনবা চংপা অসি খুদোং চাবা ম্লাম্না হেনখ্রে। লমী অসিদা জেনরেল গ্রাহাম, মহাক্কা লোয়নবা লান্মী অমদি মহাক্কী মভেং পাংনবা লান্মী কয়ামরুম অভংপা লৈভনা ভুম্মুগী লম্বীদা পলেল য়োনবা থাজিনবা হৌরক্লে। থোমজিল্লক্লিবা ব্রিটিশ সরকারগী লান্মী অসি য়েনথোয়বা মেজোরনা থোংজোমদা মনিপুরী লান্মীগী লানবন শাদুনা থিংলি। থোংজোম অসি ইম্ফালদগী ভুম্মু চংপা লম্বীদা মাইল ১৯ মুক মথায়োমদা চংলগা লৈবা খুঙং অমনি। থুন অসিগী

অল্লাংদা ল্লাংজিং ; মনিংদা তেনথা শংগাই পাৎ ; মথাদা শোরাচীংলাং লৌশিপাৎ থরা চৎলগা পলেল , শম্বোং ওইরপ্লা ককচিংগী খুল্লাও ; মৈরমদা লাংগথেল চিংশাং, মমাং ওইরপ্লা খুনুদাচিংজেন অতৈ চীংহুম মচা কয়া লৈ । চীংখৈদনা হৈরোক্কী খুল্লাও । হন্দক য়েলথোয়বা মেজোরনা মনিপুরী লাম্মীগী তেংগোল শারিবা অসি খোংজোম খুনগী মমাংদা লৈরিবা খেবা চীংগীনা মথা ওইরপ, লাংগথেনচীং অমদি খুনুদা চীংজেন অমদি অতৈ চীংহুম মচা কয়া লৈরিবা অহুগীনা অরাং ওইরপনি । খেবা চীং অমদি লাংগথেন চীং, খুনুদা চীংজেননচিংবগী মরক্তা লবুক লমহাং অমদি মোংশোং নত্তনা অতৈ খুন্নচিংবা অমত্তা লৈত্রে ।

সাহেবশিংগী লাম্মীনা অতংপা লৈতনা অগুম অগুম থাজিল্লকপা অসিদদি, থিংবদা রানা থোক্লহুনা, য়েনখোইবা মেজোরনা সনাকোনুংদগী অথোইবা লাম্মী অমদি খুংলাই থাবিরক্লব। শগোল পাও থাখ্রে । শগোল-পাও ফংবগা লৈবাক্কী লুরবা মতম ওইরে হায়না খল্লরহুনা সনাখ্যা বড়া-চাউবগী লালহোদা য়াওরুবগীদমক অরাক্ষম তারুরবা চোংথামিয়ারু মহারাজ কুলচন্দ্রনা মেজোর ক্ষম থিন্দোক্লুনা লাম্মী ৬০০ কা লোয়ননা খোংজোমদা তেঙ্গোল শাহুনা লৈরিবা য়েংখোইবগী তেংবাংনবা থারক্লে ।

মতাং অসিরাইদা চোংথামিয়া মেজোর অমদি পাওনা ব্রজবাশিনা মতৌ করম্মা সনাখবা বড়াচাউবগী লালহোদা য়াওরুহুনা অর ক্ষম তারুরি-বনো হায়বহ্র নৈনবদা থরদং নুংঙাইনা থোক্কনি খল্লি । মরম অহুনা খোংজোম লালগী চিরবা মতাং অসিদা মরক থংপা ওইনা সনাখরা বড়া-চাউবগী লালহোগী মতাং থর তেনতক্লা মথাদা পঞ্জরি ।

চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজ খৃঃ ১৮৮৬ তা লোইরাংখ্রে । ইনিংথো অসিগী হকচাংনা থাংজেনক্ষমদা লৈরিবৈদা, সনাখরা রাংখৈরাকপা বড়াচাউবনা লুচিংবা লালহোবা কাংবুনা নম্বোল হৈবী মখোংদা লানবন শাহুনা লৈথ-রে । লালহোবা অসিদা সনাখরাগী থোগ্গল ইনখিবা অথোবশিংনা মনাও ইবুংঙো মেগাজিন সিংহ, পাওনা ব্রজবাসি অমদি চোংথামিয়ানচিংবা শীংথানবা য়াই । অতোপ্পা সনা ঈগী রাজকুমার ১৫ অমত্ত লালহো অসিদা

য়াওখি। মতাং অসি লান্নহৌরিবা কাংবুগী দি য়াম্না থুদোংচায়বা মতমনি। করিনা হায়বদু মতম কুইনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইদুনা পাল্লকুবা, মনিপুরগী নিংথৌ চন্দ্রকির্ত্তিনা লৈখিদবা হায়বা নুমিৎ অসি, লৈবাক্কী [illegible]না অহাবা নুমিৎ অমদি কোনুং মনুংদনা কাং-খোং চাইরবা মতমনি। অমরোমদনা লৈম্রিদ্রবা মহারাজগী সনা হকচাংবু ইকায় খুম্নবা পুন্নমক্না লোয়নন‌া পোৎলোটনবা হোংনবা অমরোমদনা হাণ্ডদুনা থম্বা য়াদ্রব মনিপুরগী সি হাসন্দা মপা ইবুংঙোগী সনা হকচাংনা ভুমদ্রিদ্রৈঙদা, মজা ইবুংঙো সুরচন্দ্রবু অনৌবা নিংথৌ ওইনা, সনা তাংবলদা লেঙখৎহন্নবা হোংনবগী ইরাণ্ড-লাওনরিবা তাঞ্জানি। অসিগুম্বা মতমদা [illegible] লৈবাক কাং-খোং চাইবা হায়বসিদি মনিপুরদগী [illegible] নিংথৌ পানবা লৈবাক পুন্নমক্তা য়াথোক্লি। [illegible] সনাখরা বোডাচাউবগী হৈবা মখোংদা লানবল শাঙ্গনা লৈরিবা লাম্মী ভেঙ্গোল অসিনা, মপি-মপা লৈঙনা ককঙাওনবা লৈরিবা সনা কোনুংদা লান্দারক্লবদি, লালহৌবা কাংবুগীদি শোয়দনমক মাই পারিংঙাই ওইগনি হায়বসি লালহৌবিবা অসিগী লুচিংবা সনাখরানা যুম্না থক্কই। অদুবু অঙকপনি, মতম অদুদা থল্লম্বা লৈবাক অসিগী অথৌবশিং অদুগী পুক্লিংগী রাখল। মাইপাকপা হায়বা অসিতবু ফংনবা তান্নদুনা লাল হৌরিবা সনাখরা বডাচাউবা অমদি মহাক্কী লুচিংবা পুন্নমক ইনিংথৌ চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা লৈখিদবা অসিদা, লালহৌবগী থাংশাং পান্নজরবস্তু ইনিংথৌ অসিগী মফমদা শিরাংগা লোইনন‌া ইকাই খুম্নবা উংখরে। লাউরকই; "ঐখোয় পুন্নমক্না মপি মপা ওইনিরম্বা ইনিংথৌ অসিনা অরাফম তারিদ্রৈঙদা ঐখোয় লাল তৌরোই। ইনিংথোগী হকচাংনা ভুমথ্রবা কানদভা ঐখোয়না সনা কোনুংদা লান্দাগনি"।

সনাখরা বডাচাউবগী লালহৌ অসি চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী মথক্তা নত্তে। লৈবাক অসিগী অনৌবা নিংথৌ সুরচন্দ্র মহারাজগী মথক্তনি লানফমদদি মতমগী মগুন থঙবা তুম্বা, অমদি, য়েক্লবগী মপাজলবু নিংথিনা ওনবা তুম্বা মীওইভনা মায় পাকপগী ক্লৌরাল পুরকপা [illegible] মীনুংশি থঙবা, পুক্কচেল চাউবা লৈবাক [illegible] তাবা হায়রনচিংবা মীওইবগী তাঙজবা

গুনশিং অশিবু লানক্রম ময়াইদা মতাং চাদনা শিজিন্নরুরবদি, লানহৌবগী লুচিংবা ওইরিবা অদুভা নত্তনা, মহাক্কী মতুং ইন্না মীওই পূয়মক্তীগু য়াওনা মাঙ্ত তাক্লিংঙাইগী মশক ওইরকই। লানহৌরিবা সনাখবা বড়াচাউবা অমদি মহাক্কী লান্মা ভেঙ্গোলদগু য়াকম অসি থোক্লরে।

চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী সনা হকচাং তুম্বা ওাইরিবা নম্বোল হৈবী মাখাংগ লানহৌনিবা কাংবুনা মখোয়গী লুচিংবা সনাখবা বড়াচাউবগী য়াথং ওাইডনা লৈবিগুদা সনা কোনুংদা মজা ইবুংঙো সুরচন্দ্র সিংহবু মনিপুরগী নিংথৌ ওইনা হাপল্লে। লোয়মনা লানহৌরিবা অসিগী পাও ফংলনা সনা কোনুংগী লান্মী ২০০ কনেল শমু সিংহদা শিন্নবগা লানহৌরিবা কাংবু অমুবু তানখায়নবা নম্বোল ডাঙ্গা থাবক্লে। সনা কোনুংদগী লান্মী থাখরে হায়রব অাংগা, নম্বোলগী মনাক নকপদা লৈবা হওসিংদগী সনাখবা বড়াচাউবগী মনাক ৬০০ লোম অমগু লানহৌরিবা কাংবুদা য়াওরবে। খুংথেংননা লোক্লবা লানফমদ সনা কোনুংগী লান্মী অমদি লানহৌবশিংগী মখুত্তা বুংনা লেপ্পা ডমদ্রনা, পম্নিং হল্লগা সনা কোনুংদগী অনৌব থক্ক্রকপ লান্মী শাইডনা লৈরে।

পাও ফংবগা মহারাজ সুরচন্দ্রনা মনাও ইবুংঙো টীকেন্দ্রজিৎ অমদি হঙ্গল জনেয়েমনু লান্মী ১৫০০গা লোয়ননা হৈবী মখোং য়োনবা থাবক্লে। হনোবা পাঙ্গল ফংলবা সনা কোনুংগী লান্মীনা লানহৌবশিংগী মংত্তা লান্দাক্লে। খুথেংননা য়ান্নবা লানফমদা মায়কৈ অনিগী লান্মী য়ায় শিরে। লানহৌবগী লান্মী ১০ অমগী সনা কোনুংগী রাজকুমার অমগা সনা কোনুংগী লান্মীনা যরে। বড়াচাউবা, মনাও ইবুংঙো, পাওনা ব্রজ বাসি চোংথাংনা্মা, সনা কোনুংগী রাজকুমার ১৪ নচিংদা লানহৌবগী লুচিংবা কয়া অমদি চৌংদা লান্মা অমদি কছাড তম্না চেনখে।

সনাখবা বড়াচাউবগী কাংবুনা কছাড য়োনা লান চেনখে, হায়বগী পাও হেক ফংবগা কছাড় ফ্রোণ্টিয়ার পুলিসকী কম্যাণ্ডেণ্ট ডবলিউঃ স্নিঃ দাশিনা ফ্রোণ্টিয়ার পুলিসকী সিফাই ২০০ পুরকনা জীরি ঘাট অমসুং ....নপুরগী লানহৌবশিংনা চেল্লকপা অদু থেংননবা কছাড়দগী খোঙ্গ-শানখ্রে। জীরি ঘাট .......বা মাইল ৫ মুক য়াংলিডুদা ......

ফুন্নরভোল হায়বা মফম অদুদা দালিগী সিফাইগা মনিপুরী লাজহৌবশিংগা খুৎ থোক্লরে। লালফম অসিদা মমাও ইবুংঙো মেগাজিন সিংহ দালিগী সিফাইনা ফাখ্রে। শিলেটকী জেলদা মতম খরা থনম্লগা মেগাজিন সিংহ ঢাকাগী জেলদা থমখ্রে। সনখরা বড়াচাউবা অমদি লেমহৌরিবা মনাই-শিং ফুন্নরভোলগী লানফমদগী লান্থোকখিদুনা কছাড় লৈথাক্তা লৈরিবা মনিপুরী খুল্লংশিংদা খুদোংচাবা মতম ওাইদুনা নাথৈদুনা লৈখ্রে।

মতম খরা কছাড়দা লৈরগা অনৌবা লান্মী ভেঙ্গোল অমা অমুক শেমগৎনবা হোৎনবা হায়বা অসি, মনিপুরদা লালহৌখিবা মীওই পুম্নমক্কী শোয়দনমক ভৌরগদবা থবক অমনি। সনাখরা বড়াচাউবগু কছাড়দা অনৌবা লান্মী ভেঙ্গোল অমা অমুক শেমগৎপা লোইরদুনা মনিপুরদা লাল তারক্লে। লান্দারক্লিবা সনাখরাগী লান্মী ভেঙ্গোল অসিনা মনিপুর তম্পাক য়ৌরক্লবদা অনৌবা লাম্হোং অমা শিনবা হোখ্রে। লান্দারক্লিবা লান্মী অসিনা মফম অমদা পুল্লপ ভেঙ্গোল শাদুনা লৈরগা সনা কোনুংগী লান্মীগা লাল শোক্লবগী মতুত্তা মায়কৈ অহুমদগী সনা কোনুং তম্না লান্দাবনা মাই পাক্কনি হায়না লেপ্লখ্রে। লেপ্লখিবা অসিগী মতুং ইন্না সনাখরা বড়াচাউবনা লুচিংবা লান্মী কাংবু অমনা য়োংয়াংতেক-লোমদগী সনা কোনুং তম্না হাইগৎলক্লে। কাংবু অমনা চোংথামিয়ানা লুচিংদুনা লাংজিং, নমজাওতোংবা ভাকয়েনপাংলোমদগী সনা কোনুং পাংলক্লে। অহুমশুবা কাংলুপ্পা পাওনা ব্রজাবাশিনা লুচিংদুনা ইরোই শেম্বা তম্না লাক্লংলক্লে।

লান তারক্লিবা সনাখরা বড়াচাউবগী ভেঙ্গোল অহুম অসিবু লাম্থেংন-নবা টীকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিনা লুচিংবা সনা কোনুংগী লান্মী ভেঙ্গোল অচৌবা অমা থারক্লে। ভাকয়েনগী লানফমদা চোংথামিয়া সনা কোনুং লাম্মীগী বন্দি ওইখ্রে। য়েক্লবগী মখুৎ চনথ্রবা মরুপকী পাও ফংবগা লানগুম কীরাল থেত্তুনা মরুপকী থরাই কনগে হায়বগী বাপকা লোয়ননা পাওনা ব্রজবাশি, ইরোইশেম্বগী চৌংথক্তা ( হৌজিকী ঈশিং কোক্ফু লৈরিবা অসিদা ) ভেঙ্গোল শাদুনা সনা কোনুংগী লাম্মীগা অকনবা লাল

থেংনখ্রে। খুংথেংননা য়াম্নবা ইরোইশেম্বগী লানফমদা সেনাপতি টীকেন্দ্রজিৎ মক্কা লুচিংবা সনা কোনুংগী লাম্নীনা য়েক্নবনু নমথবদা য়ানা থোক্লে। ব্রজবাশিগী লাম্হোং শিনবদা হৈ শিংবা, মহাক্কী মভিক মথৌনা অমদি অয়াংবা চৌংথক্কা খন্দুনা শাখ্রবা, মহাক্কী ভেদোলবু সেনাপতি টীকেন্দ্রজিৎ অমদি থাঙ্গাল জেনেরেলনা থুগাইনবা হোৎনবদা য়ানা থোকখ্রে। উপাই লৈরক্ত্রদুনা পন্নিং হল্লগা সনা কোনুংগী অনৌবা লাম্মী ঙাইদুনা লৈখ্রে। সেনাপতিগী চিরবা তাঞ্জা অসিদা জোনষ্টোন্না মভেং পাংগে হায়না খনখরে।

মহাক্কা সাহেবশিংগী তৌবিথিবশিং অদু খল্লুরগদি মশামক্কী খুদোংথীবা থোক্লরবা ভাঞ্জা অসিদদি, জোনষ্টোন্না মহাক্কী মভেং পোয়দনা পাংলক্কনি খল্লবদা অরানবা লৈতে। অদুম ওইনমক মনিপুরগী টীকেন্দ্রজিৎতি মশাগী খুদোংথীবা লৈজরবশু, সাহেবকী মতেং পামখিদে। মথোয়গী মতেং য়াওদ্রবশু, য়েক্লবা মাইথিবা পীবা ঙমখিগনি খনখ্রে। সাহেবনা মভেং পাংলক্কে হায়বসি মাবু লঙনরিবনি হায়না খল্লুরগা অমুক হেন্না লাওনিংবা পোকখ্রে। ওমতুনা খন্নীবা অশাওবা অসিনা য়ামৈগুম অমুক নৌনা চাকখৎলক্লনা, চৌংথক্কা শ'রিবা পাওনাগী তেঙ্গোল ভম্না সেনাপতি অসি শিবা-চঙবা খঙদনা চোংশিল্লক্কে। নোংশাগুম পাঙ্গল্লবা, লান্দা হৈশিংলবা অথোবা অনিনা মায়প্লোক্লনা লাম্হেৎনরকপা অসিদদি নাকল অনিগী লান্মী পুম্নমক মথল্লাই খুবাক্তা হাপ্তুনা য়ান্নবা হৌরক্লে। মনিপুর ইমাগী লীংজম্বা ঙাক্লিবা লুচিংবা অনিমক লমথাংদা মাঙমিন্নথদ্রা হায়না নুংশা থীনবা য়াওখ্রে। তত্তুনা থোমজিল্লকলিবা মশিং য়াম্নবা সনা কোনুংগী লানমীগী মমাংদা তেংবাংলক্লবা লানমী অমা ফাংবা লৈজদ্রবা ব্রজবাশিগী লানমীনা, খাঙবদা য়ানা থোক্লক্লে। মহাক্কী লানমীগী অভাওবা ফীভম অসি উরক্লদুনা ব্রজবাশি নিংহল্লরোইদবা লানফম অসিদা মাই পাক্কনি হায়বগী থাজবা য়াৎলক্লে। পন্নিং পুরিবা লানমী থাদুনা য়োংয়াংতেকলোমদা সনা কোনুংগী লানমীগী মায়য়োক্লরিবা সনাথরা বড়াচাউবদা কহাক্ত ভাম্না লাল হন্দোকপিখিনবা হায়জখ্রে। পাওনাগী ভেজোঙনা

ফীভম তাঙ্গয়কপা অসিগী খুদোংচাবা লৌহুনা সনা কোনুংগী লাম্লনা অয়োইবা ওইনা থোমজিল্লকলে। পাওনা ব্রজবাশি অমদি মহাক্তা লোয়নবা লাম্মী কয়া সনা কোনুং লাম্নীগী বন্দি ওইরে।

মথোয়গী মপান্না লানগুম ফীরাল থেংলগনি হায়না খঙরবা সনাখয়াগী মনাই অচানবা চোংথামিয়া অমদি পাওনা ব্রজবাশিনচিংবা মীওই কয়ানা য়েক্লবগী মখুৎ চনগ্রবা অসিদদি বড়াচাউবা নোংবা কায়খিবনা অমুক হিংনিংলুবগী অপ'ম্বা লৈখিদ্রে। ব্রজবাশিনা অয়োইবা ওইনা খুরুমজখিবা 'কছাড় ভান্না লাল হন্দোকপিখ্রো' হায়বা অচুম্বা রাখল অহু কাওবা সনাখরা অসিনা অমুক হন্না খন্থবা ভৌখিদ্রে। মহাক থকী অচানবা মনাই কয়ানা মথরাই থাখিবা, মহাক মশামক্কি খঙবা মীওই কয়ানা মাগীদমক্তা অৱাকম তাগ্রবা অসিদদি থিম্বা ভৌদনা লাঙ্গোই শগোল ভোংথক্লুনা অঙাওবগুম কোনুং ময়াগী লম্বীদা লাওহুনা চেনগ্রে: "লৈমাকমচাশা: নকম নাইনিংদ্রা !! দোলাই ফৈনা তোংনিংদ্রা !! লালহৌববু ফারগা ইনিংথোদা কচ্ছরোলাও !!" অঙাওবা রাখলনা মাঙওইনরবা, সনাখরা বড়াচাউবা লালহৌ অসিগীদমক অৱাকম ভাগ্রে। মতম খরা মনিপুরগী জেলদা লৈরম্লগা সনাখরা অসি রাজনিতিগী বন্দি অমা ওইনা হাজারিবাগকী জেলদা থমগ্রে। চোংথামিয়া, পাওনা ব্রজবাশিনচিংবা সনাখরাগী মনাইশিংনা মনিপুরগী জেলদা লৈরে। খৃঃ ১৮৯০ গী সেপ্তেম্বর তাং ২১ গী কোনুং লালহৌদা সেনাপতি টীকেন্দ্রজিৎনা জেলগী থোঙ হাংদোক্লুনা লৈরম্বা ফাদোকশিং থাদোকখি। থাদোকখিবা ফাদে কশিংগী মরক্তা পাওনা ব্রজবাশি অমদি চোংথামিয়াশু য়াওখি।

চোংথামিয়াগী ভেজোলনা থুংলরবদা রানা খাওহুনা লৈরম্লবা মনিপুরী লাম্নীশিংগী অনৌবা থৌনা অমুক হাপকংলে। লুচিংবা অনিগী মথাদা, মনিপুরী লাম্নীশিংনা সাহেবকী লানমীশিংবু ভানথাম্বা হৌরক্লে। অহবু চেক্সম শৌবগুম, পলেল ভয়া থোমজিল্লক্লিবা ব্রিটিশকী লানমীনা অগুম অগুম ভকশিল্লকপনা হেন্দুনা মনিপুরী লানমী পুম্নমক রানা অমুক খাওবা হৌরক্লে। লানমীগী লুচিংবা অনিনা য়ায়া মুম্না থম্নরগা সনা

কোনুংদগী অনৌবা লাম্মী অমদি থুংলায় নিঙ্গে। পাও ফংবগা রাংথৈ মৈরাবা মেঙ্গোরবু লাম্মী ৭০০ কা লোয়নননা খোংজোম য়ৌনবা থারক্লে।

খোংজোমদা লাল থেংনরিবা ইংরেজ তেঙ্গোলদগী লাম্মী ৫০০ খক মনিপুরী লানমী উহন্দনা নাথৈগ্নবা সনা কোনুং য়ৌখিনবা লাকপনা রাং-জিং থুনমম্না য়ৌখয়ে। মৈরাবগী তেঙ্গোলনা খুমাং চাওশিল্লক্লিবা ব্রিটিশ লানমী অসিবু রাংজিংদা কৈনা থংলে। মায়কৈ অনিদগী অতংপা লৈতনা লোংমৈ কাপশিন্নরে। মৈরাবা অমদি থৌনা ফরবা মনিপুরী লানমীগী মমাংদা থাঙবা ঙমদ্রহ্না, খুমাং চাওশিল্লকখিবা ইংরেজ সিফাইশিং অসি মায়কৈ খঙদনা কায়হ্না চেনখ্রে। মৈরাবা অমদি মনিপুরী লানমীগী লুচিংবা কয়া খুৎথেংনবা লানফম অসিদা, মরৈবাক্তীদমক মথরাই কংখ্রে। মৈরাবগী তেঙ্গোলগী লেমহৌরিবা লানমীশিং অহ্না খোংজোমদা লাক্লিবা মনিপুরী লানমীগী লানবন অহ্ তান্না চংখিহ্না মৈরাবা অমদি অতৈ লানমীশিং লৈখিদবগীরারা রাখোং তমলুরে।

মৈরাবা লৈখিদবগী পাও তাবগা পাওনা ব্রজবাশিবু মেঙ্গোর ফম থিন্দোক্তুনা মনিপুরী লানমী ৭০০ অমদি হৈরাংখোংজা মেঙ্গোরগা লোয়-ননা খোংজোম তান্না থারক্লে। ব্রজবাশি অসি সনাখরা বড়াচাউবগী মনাইনি। বড়াচাউবগী লালহৌদা য়াওরুবগী মতম কুইনা অরাফম তাহ্না লৈরুরবনি। "হল্লকপা তারগনা মায় পাক্তুনা লানঙম ফীরাল পুরগা হল্লকপা, ঙমদবা থোক্লগনা মায়ওন্দনা লানফমদা ইরৈবাক্তীদমক থরাই থাদোকপা ঙমজবা" হায়না রাশকলহ্না এপ্রিল তাং ২০, ১৮৯১ দা খোংজোম লালগীদমক খোঙশাল্লকলে। ব্রজবাশিগী তেঙ্গোলনা রাংজিং য়ৌরকপা মতমদা চুঙ্গোয়সনানচিংবা ব্রজবাশিগী পরুবা, মনিপুরী নহারোল কাংবু অমা ওঝাগী থৌশল ইনগনি হায়হ্না তাইহ্না লৈরমলে। মৈরাবা অমদি অতৈ মনিপুরী অথৌবা ময়ামগা অশিবা হকচাংনা তাহ্না লৈরিবা অহ্গী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা ব্রজবাশি, হৈরাংখোংজা অমদি অতৈ সনা কোনুংগী লানমীনা মরৈবাক্তীদমক মথরাই কংখ্রবা অথৌবশিংগী মফমদা ইকাই খুম্নবা উংখ্রে। তাহ্না লৈরিবা মৈরাবগী থরাই য়াওদ্রবা হকচাংগী

মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা লমথাং খুল্লক্লা কুপ্লম্লগা মরুপ হাংখিবগী লমল শিংগে হায়বগী অশাওবগা লোয়নবা রাশক পুরম্নুনা পাওনাগী ভেঙ্গোলন: থোং-জোম য়োরক্লে।

ব্রজবাশিগী ভেঙ্গোলনা থোংজোমদা ; থুংলরবদা মনিপুরী লানমী পুম্নমক অনৌবা থৌনা অমম্নদি পাঙ্গল ফংখ্রে। অদুম ওইনমক লাংঙথেন চীং, খুনুঙ্গা চীংজেন অমদি মনাক্তা লৈবা চীংদুমশিংদা ব্রিটিশকী তোপ থিল্লগা খেবচীং অমদি লাংঙথেন চীংগী মরক্তা লৈরিবা লবুক লমহাং অদুদা ভেঙ্গোল শাদুনা লৈরিবা মনিপুরী লানমীগী মথক্তা কাপথরকপদগী সনা কোনুংগী লানমীনা রানা খাঙদুনা লৈরম্বা অদু ব্রজবাশীনা ভশেং ভশেংনা উক্লে। মুম্না থল্লবা মতুংদা অনৌবা লালওং অমদা সাহেবশিংগা মায়ও-ক্লবনা চুম্নগনি খনক্লে। মহাক্লা পাম্বদি লবুক লমহাংদা ভেঙ্গোন শারিবা অসি হোংদোক্লগা খেবচীংগী চীংথক্তা মনিপুরী লানমীগী 'ভেঙ্গোন, অমুক হন্না শাবা অমা, নত্রগনা, খোংজোম থাদোক্লপা ককচীংলোমদা মাকোয়-নবা চংগ্রপ্পা শোরাচীংলোমদগী ইংরেজ লানমীগী মথক্তা লান্দারকপা লোয়নবা থৌবালদা 'পন্নিং পুতুম্বা লৈরিবা রাংখৈয়াকপগী তেঙ্গোলনা ওই-ওইনন: খেবচীংগী মমাংলোমদা চংলপ্পা খুনুঙ্গাচীংজেন লোমদগী থঙহৌদনা লান্দারকপা অসিনি। অদুবু পাওসাগী লালওং অসি চোং-থামিয়া অমদি য়েনখোয়বনা শিরগে হায়বমখৈ য়াখিদ্রে। লুচিংবা মেঙ্গোর অশিনা ময়াদ্রবা অদুদদি ভৌনিংঙাই উপাই অমা অমুক লৈত্রদুনা হায়না ভেঙ্গোল শারম্বা মক্কম অদুদা লৈরগা ব্রটিশকা লাল থেংলবদা মতাথরে। হোংদোকখিবা হায়ববু, পাওনানা হায়বা মতুং ইন্না লমহাংদা লানমী ফৌবগী মহুত্তা কোম ভৌদুনা কোয় মনুংদা মনিপুরী লানমী লৈরগা লাল শোক্লবা হৌখিবা অসিভনি।

ঐন' হায়বত্তনা অচুম্বনি মীনা হায়রবদি অচুম্বা ওইরবত্ত ইল্লুয়োই-দবনি ; ইমান ইমায়বা লয়েং পাম্বোম ঙানলা হিদায়রিবা, অমনা হায়বদা হেক্তমক য়াথোকপা হায়বসি ঐগীদি মায়থীরবগুম্বনি হায়না খনবা, ঐখোয়গী লুচিংবশিংগী নাপল য়াওরবা অচাওরম ফয়াদগী, মরৈবাক্কী মাঙভাক্লবা

ওইহনখিবা থৌদোক কয়া মীওইবগী পুন্নারীদা ম্বাংপা নত্তে। খোংজোমগী লালকমদা ঐখোয়গী লুচিংবশিংগী মরক্তা অমনা অমগী ম্বা ভাম্নখিদবা অসি জাতি অসিগী লাইবক থৌনিংঙাইনি অমদি শোয়দনা মায়থীরগদবা লালফম অসিদা অয়ুবা মচুনা অয়ুক্তা তৈশিন্নবা শীনখিবনি।

চীংথক্তগী কাপথরকপ্যা ব্রিটিশ লানমীগী তোপ ওলিনা মনিপুরী লানমীগী মথক্তা নোংচুবওম হৈথরক্লে। অময়োমদনা ব্রিটিশ লানমীগী তেজোলনা চীংথক্তা শাখিবনা মরম ওইদুনা সনা কোনুংগী লানমীনা কাপ্লকপা নোংমৈ ওলিনা সাহেবকী তেজোল মনাক ফাওবা য়োবদা ম্বানা থোক্লে। খুদোংথীবা অসি উরতুনা তোপ ম্বাওদ্রবদি ইংরেজ লাম্নীগা লাম্না তৌবা ওম্নয়োই খওলদুনা পাওনা ব্রজবাশিনা সনা কোনুংদগী তোপ থাবিররুবা পম্নিং পুরিবা ম্বাংখৈরাকপগী থৌবালগী লানবন ভাম্না শগোল পাও থাখ্রে। সনা কোনুংদা শগোল পাও অহুমলক থাদুনা খোংজোম লাল গী চিরবা তাঞ্জা অসি হুজংলুরবা ফাওবদা কোনুংলোয়া তোপ পীরকপা মরৈখিদ্রে। ওম্নোকপনি। নীংতম্না পাঞ্জবা জাতি অমগী নিংখা তম্না ওাক্লবগীদমক্তা মথরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা মরৈবাকী নীংতম্না কন্নবা লাল থেংনরিবা ঐখোয়গী অথৌবশিংবু সনা কোনুংলোয়া থাজখিদ্রমাল্লে। মাং-লমচংকী থৌদোক অমখক্তনা শিবা কিদনা মরৈবাক্তীদমক্তা মথরাই য়োল্লবা অথৌবশিংবু চিংনখ্রে। তোপ পীরুরবদি সাহেবকা মীচং ওইরক্লুনা সনা কোনুং লৌথ্রগনি হায়বা মী মরক্তগী শাওয়া তোনথ্রবা মী ফাওবনা থনফত্রবা ম্বাখল অসি ঐখোয়গী অথৌবশিংনা খল্লকপা ম্বাই হায়না কোনুংতবু ওাক্লিবা মীওইশিংনা থনথ্রমাল্লে খোংজোম লালগীদমক তোপ পীরকখিদ্রে।

নিজখিবা তোপ্পা ময়োরকপা লৈত্রবা অতুদদি অভৈ উপাই অমযুক লৈরকত্রদুনা পাওনা ব্রজবাশি থাংলা তোপকী মৈনা করুগা সাহেবকা লাল থেংনরগে হায়না লেপখ্রে। মহাক্তী অনৌবা লালওং অসি সনাথক্তা চীংলেল সনা অমদি মনিপুরী নহারোল লানমী পুয়মক্তা শোগ্গংখ্রে। ভত্তনা কাপশিল্লকপা তোপকী মৈনা করুবা হোংনবদা

সনাথরা চীংচেলস্না অমদি মনিপুরী লানমীগী অথোবা কয়া মৈনা ককপা ওমহৌরবা ভোপা পোখায়রক্লুনা মরৈবাক্তীদমক মথরায় কংল্লে। জেম-হৌরিবা লানমীশিং অদুনা অরোইবা পাঙ্গলপা লোয়ননা মরৈবাকী নীংতম্বা ওাক্লবগীদমক ইংরেজ লানমীগা খুৎকৈংননা য়ায়রে। তরা হাংলি কুন থোম জল্লকপা, কুন হাংলে চামা থোমজিল্লক্লিবা মশিং থীওমম্রবা সাহেবকী লান-মীপা মথুত্তা অনৌবা লানমী অমমুক খাজিল্লকখিপনি হায়বগী আশা লৈত্রবা মনিপুরী লানমীনা কয়া কুইনা খাওদুনা লৈবা ওমগনি। কয়া শোক্লবা লানফমনি কনানা কনাবুগু ওাইবিদে। য়েক্লবগী চোকথরকপা ভাজ্ঞা থিত্না লানওম কীরাল থেংকে ওাইনরক্লবা ভাজ্ঞানি। হুমাং তৈথোক্লবা ওমদ্রবা মরৈবাকী নীংতম্বা কন্নবগী অরোইবা লানকমদা, পাওনা ব্রজবাশি অমদি অতৈ অথোবা কয়ানা, মীওইবা জাতিনা কাউওমলরোইদ্রবা মওংদা লানথেংনরম্লগা,খৃ: ১৮৯১ গী এপ্রিল থাগী তাং ২৩ দা থরায় কংখোক্লুনা, চওনা স্বর্গ কাখি।

থোংজোম লালগী অয়াবা পাও ফংবগা যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ থোং-জোম য়োনবা লাল চংজগ্রগে হায়না ময়াম্বুংদা হঙ্গংলে। মতম অসিদদি থোংজোম মাইকৈদদা নত্তনা ময়াং খাং অমদি লমাংদোংদা সাহেবকী লানমীশিংবু থিংদুনা থম্লীবা মনিপুরগী অথোবা লানমীশিং মাইথীরে হায়-বগ পাও মথং মথং সনা কোনুংদা থুংলরে। য়েক্লবগী লানমীনা মাইকৈ খুদিংদগী থোমজিল্লক্লবা অদুগা মথোয়বু থাংবিনবা মনিপুরী লানমী অমত্তা লৈত্রবা ভাজ্ঞা অসিদা সনা কোনুং ওাকলিবা যুবরাজনা কোনুং থাদোক্লুনা লাল চংখিবা হায়বসি মহারাজ কুলচন্দ্র অমদি অওম অথোশিংনা য়ানদ্রে।

মনিপুরগী লালগী পাও অসি কছাড়, ঢাকা, শিলং, গৌহাটি, গোলা-ঘাট অমদি নবদ্বীপতা লৈবা মনিপুরিশিংনা থোরাংনা ওাইদুনা লৈথি। লোয়ননা মথোয়গী থম্মোয়দা মনিপুর তায়া লাক্লুনা মথোয়গীত্ত মরৈবাক ওইরিবা মনিপুরবু সাহেবকী মথুত্তগী কনবা ওমদ্রা য়েংগে হায়বগী অনৌবা রাথল অমা চগ মায়না ফাওরকখি। অদুবু মথোয়গী মভেং মনিপুর য়োরকত্রিদ্রৈদা জেনেরেল কোলেটকী ভেজোলনা সনা কোনুং পায়বনা

হানপ্লে। এপ্রিল তাং ২৭, ১৮৯১ দা মনিপুর সাহেবকী মীনাই ওইপ্লে। মতম কুইনা কংলাদা হাইনা-হুয়া পাইজরন্বা পাথংবা য়েকপা চীং-তম শলাই তরেংকী ফীরাল চিংথখিদ্রনা ইউনিয়ন জেক্লা মনিপুরগী অহাঙবা অতিয়াদা মনিং তয়া পাইবা হৌপ্লে।

খৃঃ ১৮৯১ গী মনিপুর অমদি ব্রিটিশকী লাল অসিদা মনিপুরদা মায়-থীবা ন'থিবা অসি কবিশু ওক্লিংতাই লৈতে। ১৯ শুবা শতাব্দীগী লোই-রমদাই অসিদদি পৃথিবীগী মক্ষম অয়াম্বদা ব্রিটিশকী লোইলম লৈপ্লবনি। "ব্রিটিশ সম্রাজ্যদা নুমিৎ তাদে" হায়বা অদু মতম অসিমক্তদনি। মরম অদুনা মতম অসিদা ব্রিটিশ অসি পৃথিবীগী খরাইদগী মপাঙ্গল মথোনা লৈরবা জাতি অমা ওইরবনি। সাহেবকা লানমী অসি নিংথিনা তাকপি-তন্নীববা অমদি খরাইদগী অফবা খুৎলায় পায়হল্লবা মপাঙ্গল কল্লবা কংফাল অমদি ঈশিংগী লানমীনি। মনিপুর ওম্বা লৈবাক মচা অমগী মাদি থমখ্রদুনা ভারত অমদি অবা লৈবাক ফাওবা সাহেবকা লাম্বা তৌবা ওমদদুনা চহি কয়াগী মমাঙদগী সাহেবকী লোইলম ওইপ্লবা অদুনি।

মতম অসিদা মনিপুরগ'দি ঈশিংগী লানমী লৈতে। শগোল তোংবা লানমী খবগা কা'ফানগী লানমী ৫০০০ থঙগা মরৈরি। লৈজরিবা হায়-বৰু চহি ১৬ তগানা চহি ৬০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা নামা শোয়দবা নুপা-শি না সনা কোনু'দা লাল্লপ কাবদগা লানগী মবমদা থরদং হৈরবা কাংফালগী ইরেগুলার লানমী ১২,০০০ অমথক্কা অসিনি। মশিনা লোই-রে। খুৎলাইগী মায়কৈদা হায়কুরবশু ইবেগুলার লানমী ১২,০০০ অসিদি মখোয়না পায়জনবা নোংমৈ অশুবী ফাওবা লৈরমদ্রিবা মতমনি। মরম অসিনা মনিপুরনা ব্রিটিশপু লান ওমগনি হায়বসিদি মরৈবাক্কীদমক মথরাই কৎপ্রবা ঐখোয়গী অথোবশিংদুনা থক থনখিদে। অদুমু ঐখোয়না চাও-থোকচবগা লোয়ননা অথোবশিং অদুগী মফমদা ওক নোঙরিবদি শিববু লৈগী দোলাই তোংবদগী হেন্না নুংঙাইবনি খন্দোক্লুনা শোয়দনা শিরগদবা লানফমদা মরৈবাক্কীদমক অবোয়বা কংথোকপা ওমখিবা লিংজেল অদুত-বুনি। অসিগুম্বা অথোবশিং অশি পোক্লমনা ওসি পৃথিবীগী মফম কয়াদা

মনীং ভম্না লৈজরম্বা লৈবাক কয়ানা মুৎশ্রবা ফাওবদা চীংনা কোইনা পনশাবা পৗক্লষা মনিপুর হায়বা লৈবাক মচা অসিদা মশিং য়ামখিদ্রবা মীওই থরভনা পৃথিবীগী মী কোটি কয়াগী মরক্তা জাতি অমনি হায়দুনা গুসি ফাওবদা হিংদুনা লৈজবা গুমলিবা অসিনি। মনিপুরগা ব্রিটিশকা শোক্লখিবা লান অসিদা ঐথোয়না য়েংশিংদুনভা লৈরগদবা লানফমদি যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ অমদি থাঙ্গাল জেনেরেল অনিনা লুচিংলগা লান শোক্লবা ফংহোদ্রবা মনিপুর ইরেগুলার লানমী ১২,০০০ অসি পুদুনা অশি-গুবা থোংজোম লান অমা অমুক য়ান্নরম্বা থোরকলবদি মনিপুরগী লাইবক করি ওইরম্বা য়াবা হায়বসিনি। য়াহৎ অসি মরৈবাকপু নুংশিজবা মনিপু-রীশিংগী থম্মোয়দদি নুমিৎ-থানা পাক্লিবা মথৈদি হংদুনভা লৈরগদবা থগুনিংবা অমা ওইদুনা লৈরগনি।

# সাহেবকী ৱায়েন কাটি

লানফমদা চোংথোক্লুনা মৈয়ৈবাক্কী নীংতম্বা ঙাক্লবগীদমক্তা য়েক্লবগা লাম্বা পাংহৌনবগী তাঙ্গা ফংখিদ্রবা যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ সনা কোনুংনা সাবেকী মখুত্তা পুমম্তা-ভাদ্রিবৈঙদা করি উপাই থিরগা মনিপুরবু কনবা ঙমখিগদগে খনবা হৌখ্রে। মতম অসিদি চীন লৈবাক্তা মিং শাগেনা পানবগী ময়াই চায়থরক্লবনি। অদু ওইজরবশু লৈবাক অসিদা পৃথিবীগী খরাইদগী মপাঙ্গল লৈরবা ব্রিটিশনা খুৎ থিংজিনবদি খক ঙমদে। মনিপুরগী যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎনা ৱাফম অসি মনুং য়েৌনা উখিদ্রবশু সাহেবশিংনা চীন লৈবাক্তা খুৎ থিংজিনবা ঙমদে হায়রবসিমদি ভরোসং তপেংনা খঙত্রে। ৱাথল অসিনা লমজিংখিদ্রনা যুবরাজ অসি অথুপ্পা মনুংগী লম্বীদা (অন্দর-গ্রাউন্দা) চঙলগা মনিপুরবু কনগে হায়না লেপখে। মথং মথং চীন লৈবাক চৎপগী খোংচত্তা মনিপুরগী উখ্রুল জীলাগী নোংপোক থংবা চিদাইদা লৈবা চসাদ কুকিগী খুঙ্গং য়েৌপে। অসোমদনা, যুবরাজনা অথুপ্পা লম্বী হেক চঙখিবগা মহারাজ কুলচন্দ্র, মনাও ইবুংঙোশিং অমদি থাঙ্গাল জেনেরেলনচিংবা মৈয়ৈবাক নিংবা মনিপুরী অঙম অথো কয়া অমত্তা টীকেন্দ্রজিৎকী ভুংইয়া অথুপ্পা লম্বীদা চংখে।

অমরোমদনা, সাহেবশিংনা মনিপুর হেক লৌবগা জেনরেল কোলেটনা মনিপুরগী কুলচন্দ্র, মহারাজ টীকেন্দ্রজিৎ, মনাও ইবুংঙোশিং, থাঙ্গাল অমদি অতৈ অঙম অথোশিংগী লৈফম ফাকপা ঙম্বা মীওইদা অমদি মখোয়বু ফারকপা ঙম্বা মীশিংদা মনা চাওনা পীগনি হায়না শগোল পাও লাও-থোকখে। অসিদশু নত্তনা, হায়রিবা মীওইশিং অসিবু চঙজফম পীরম্বা

চীং অমদি তমগী প্রজাশিংবু সাহেবনা খঙলকপা থোক্লবদি শাগৈ ভুম্না শ্লাংকনি হায়নগু কিহল্লে। লৈবাক অসিগী প্রজাশিংনা ব্রিটিশকা চায়া চিন্নরা ভিন্নরবা অমদি সাহেবনা হায়বা ইল্লবদি মকম নাইহনগনি হায়দুনা খোই অমুকশু থাল্লে। মনিপুরদা লৈবা কল্লক মীহো চাওরবা মীওই কয়া অমদি লোনমলাং অসিদা থুগ্লে। শেল অমদি ফমগী মীহৌথিবনা মখোয়গী অমদি মখোয়না হিংজবগী চাওথোকচরিবা মরৈবাক মনিপুর অসিগীদমক্তা অথুপ্পা লম্বী চঙখ্রিবা ঐখোয়গী অথৌবশিংগী লৈকম সাহেবশিংদা তাক-থোকখ্রে। মরম অসিদগী মতম কুইনা অরোনবদা লৈবা গুম্লক্তুদুনা জেনেরেল থাঙ্গাল.অমদি মহারাজ কুলচন্দ্রগী অওম .অথৌ কয়া অমা মপাল থোরক্তুনা সাহেবশিংদা মশাবু শিন্নখ্রে। অগুম্না খৃঃ ১৮৯১ গী মে থাগী লোইরমদাই অসি ফাওবদা (১) মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ, (২) অঙৌ-সনা সেনাপত্তি, (৩) জীলাঙবা শগোলহজবা, (৪ জেনেরেল থাঙ্গাল. (৫) চোংথামিয়া মেজোর, (৬) শমু সিংহ লুৱাং নিংথৌ, (৭) নীলমনি সিংহ অয়া পুরেল, (৮) লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ রাংখৈরাকপা, (৯) অরুসিং উসবা' (১০) অবুংজাও য়েংখোয়বা, (১১) থম্বা সিংহ লাইশংবা, (১২) ঘন সিংহ খোংত্রা (১৩) চাউবী হায়দর মচাহল, (১৪) ধোজো সিংহ ময়েংবা, (১৫) নোনি সিংহ নেপ্রা, মচাহল, [১৬] ত্রিলোক সিংহ নোংথোনবা সও-রাজ, [১৭] ধোনো সিংহ শগোলশেম্বা, [১৮] নিরঞ্জন সুবেদার, [১৯] কা-জাও অমদি [২০] চরাই থাঙ্গাল সাহেবকী মখুত্তা মশাবু শিন্নখ্রে। ময়াম্বুং মহারাজনচিংবা মীওই কয়ানা য়েক্লবগী মথুং চনগ্রবদা যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ নীংবা কায়খ্রে। হিংনিংলুবগী অপাম্বাগু লৈরকত্রে। লাকচৈদা হায়না মখা চিক্তুনা অরোনবা লম্বীদা চীন লৈবাক্তুং য়োহৌরবদি হায়দুনা খোং-শাল্লক্লে। অদুবু মশাগী ওইজনবতা থনবা মীওই কয়াগী লাংদা থুখিদুনা যুবরাজ অসি নীংবা কায়রে। অথুপ্পা মনুংগী লম্বীদা লৈবা মারকত্রদুনা মপাল থোরক্লে। সাহেবকী মখুত্তা মশাবু শিন্নথোকখ্রে।

যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ অমদি জেনেরেল থাঙ্গালনা মখোয়গী মখুত্তা হেক চনখিবগা সাহেবশিংনা লৈবাক অসিগী অতৈ অকল অথৌ

মীওইশিং অমুক থিথরুবগী কান্নবা লৈত্রে হায়না লৌরে। মরম অদুনা মহারাজ কুলচন্দ্র, মনাও ইবুংঙোশিং অমদি মখুৎ চন্নবা মহারাজগী অঙম অথোৌশিংবু লম্মল থুম্নিংবগী অশাউবা রাথল অদুনা মপূক্কিংদা ফুমজিন্দুনা থম্লগা লৈবাক মচা তাবা ইংরেজ জাতিনি হায়বা উৎননবা লৈবাক থণ্ডনা রায়েন্নবা শেম শাগ্রে।

অঙয়া [১] চোংথামিয়া মেজোর, [২] শমু সিংহ লুপ্লাং নিংথৌ, [৩] নীলমনি সিংহ অয়া পুরেল. [৪] লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ রাংখৈরাকপা, [৫] অরু সিংহ উসবা, [৬] অবুংজাও য়েনখোয়বা, [৭] থম্বা সিংহ লাই-শংবা [৮] ঘন সিংহ খোংদ্রা, [৯] চাউবী হায়দর মচাহল; [১০] খোজো সিংহ ময়েংবা, ১১) নোনি সিংহ নেপ্রা মচাহল, ১২) ত্রিলোক সিংহ নোং-থোনবা সতরাল অমদি ১৩) খোনো সিংহ শগোলশেম্বা, অঙম্বা ভরাহুম-দোই অসিবু ইংরেজগী মহারানীগী মথক্তা লাল হৌবগী অমদি ইংরেজগী অঙম্বশিং হাৎপগী লৌতুনবদা মহারানীগী মথক্তা লাল হৌবা য়াওবগী-দমক মরাল লৈরে হায়না রায়েন্নে। দন্দিনা মপুন্সি চুপ্পা কালাপানিদা থাবা হায়না রায় তারে। রায় হায়দোকপগী মতুংদা ঐখোয়গী অথোবশিং অসিবু মতম থরা মনিপুরগী জেলদা থম্লগা আসামগী তেজপুর জেলদা নবেম্বরগী তাং ৪, ১৮৯১ রাওবা অমুক থম্লে। কালাপানি য়ৌথিনবা থোরাং লোইরদুনা এসঃ এসঃ শাহাজহান্দ হায়বা জহাজদা তোংলদুনা ঈশিংগী লম্বীদা মনিপুরগী অথোবশিং অসি খৃঃ ১৮৯১ গী নবেম্বর তাং ২৩ দা আন্দমান ঈথৎকী কোনুং পোর্ট ব্লায়রদা পুন্সি চুপ্পা জেলগী অরাবা অমদি অশাবা নুংশাগী মৈচাক থাওলুনবা থুংখে।

সনা চহি অহুমগী লান্দা মনিপুরদা লৈখ্রবা ৩৪ শুবা নেটিভ ইনফে-ন্ত্রিগী সুবেদার নীরঞ্জনবুনা ইংরেজগী অঙম্বা হাৎপদা য়াওবা অমদি ইং-রেজগী মহারানীগী মথক্তা লাল হৌবগীদমক মরাল লৈরে হায়না রায় হায়দোক্লদুনা শিদ্রিকাওবা ফাঁসি তৌদুনা হাৎপা হায়না দন্দি পীরে। যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ সিংহগী অচানবা মনাই কাজাও, পুথ্রম্বা ক্তিঙাংঙ কোবা, অথোবা অসিবুনা মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউদপু তানা

থিন্দুনা হাংপা অমদি ইংরেজ মহারানীগী মথক্তা লাল হৌবগীদমক মরাল লৈরে হায়না রায় ভায়তুনা, শিদ্রিক্কাওবা মহাকপুত্ত ফাসি তৌত্নুনা হাংপা হায়না দন্দি পীরে। থাঙ্গাল খুনগী লুচিংবা চরাই থাঙ্গালবুমা, টেলি-গ্রাফকী সুপরিন্টেনডেন্ট মেলভিল অমদি মহাক্কা লোয়নরকখিবা ইংরেজগী অঙম্বা ওঃ ব্রাইন হাংখিবগী অমদি ইংরেজ মহারানীগী মথক্তা লাল হৌবদা মতেং পাংখিবগীদমক মরাল লৈরে হায়না রায়েঙ্গবা মতুংদা মহাক-পুত্ত শিদ্রিক্কাওবা ফাঁসি তৌত্নুনা হাংপা হায়না দন্দি পীরে।

মথুং চল্লবা মহারাজ কুলচন্দ্রগী অঙম অথৌশিংদা রায়েন কাটি থাবা লোইরতুনা ইংরেজ জাতিবু থ্বাইদগী হেন্না ভাথিনা থনখ্রবা ইনিংথৌ অসিগী, নিংথৌ ওম্বা অঙম্বা, থাঙ্গাল জেনেরেলবু মরাল লৈরবা বন্দি অমা ওইনা রায়েল শঙদা পুথোরক্লে। জেনেরেল অসি লৈদিঙ্ণ গম্ভীর সিংহ চীংলেল য়োংদ্রেন থোম্বা সনা হাক্তগী নিংথৌ থম্লকপা অঙম্বনি। লৌং শিং চাউই, মথোনা লৈ, হায়খ্রবা ,রা ওাক্লা চংলি, লাম্না হৈশিংই, কুট-নিক্তিগী পোরম থঙই, তুংদা করি থোক্লক্কদগে উবা ওমই. লোয়ননা পুক-চেল চাওবা মরুপ অমনি। ভোবতদি, য়েংথিনরবদি মহাক্ণম্না শাথীবা মীওই থিবদা ভাংই। মগুন মম্নামশিং অসি লৈখিবনা, অথোবা অসি মনিপুর ইতিহাসত্তা অচোবা ফিদা কল্লি। মরম অসিমক্তা জেনেরেল অসিবু লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীওই কাংলুপ খুদিংমক্তা মাগী মাগী কাং-লুপকী মীওইনি হায়নবা কন্না হোংনৈ। থোইদোক্লগু কুনওবা শতাব্দীগী লোইরমদাই অসিদদি মনিপুরগী চীং অমদি তমগী প্রজা পুম্নমক্কী রাথলদা শোয়খ্রবা মাঙলমচংকী অরানবা অমথক্তু চুমথোক্লিংবগী অপাম্বা অমা লাকওমদ্রবা ঈশিং ঈচাওগুম চেম্থরক্লবা অসিদদি থাঙ্গালবু মাগী মাগী কাংলুপ্তা পোকখিবা মীওইনি হায়না হায়নিংবা হৌরকই। নীংতম্বা ফংলবা ভারতনা সাহেবকী মায়য়োক্তা লেপখিবা ভারত মচাশিংগী রারী অমুক হন্না ইরক্লবা মতম অসিদদি থাঙ্গালগী মমিংনা অরাং-লোংপোক ভারতকী ইতিহাসতা অচোবা ফিদা অমা অমুক কনখে। মরম অসিদগী

অথোবা অসিবু মাগী মাগী কাংলুপকী মীওই ওইহন্নিংবগী অপাম্বা অসিগু চাং অমুক্কা হেনগংখে।

কাংলুপ অমনা ঐখোয়গী অথোবা অসিবু য়োংমৈনি, কোম্না মীভৈ ওনখিবনি হায়রি। অতোপ্পা কাংলুপ অমনা অমুক অগুম্বা অসিবু থাঙ্গাল জাংনি কোম্না মীভৈ ওনখিবনি হায়না কয়া মুম্নবা হোংনরি। কনা অমনা জেনেরেল অসিবু ব্রাহ্মন্নি হায়, কয়া অমমা বাঙ্গালি সনা শাবগী মচা মগুনি হায়রি, কনা অমনা থাঙ্গালবু আসামী সনা শাবা অমগী মচা ওইহল্লি। মপানগী মীওই কয়া অমনা ঐখোয়গী অথোবা অসিবু খৃঃ ১৮৫৭ কী সিকাই লালহৌদা য়াওখিবা ৩৪শুবা নেটিভ ইনফেন্ট্রিগী সিকাই ওইহন্নবা হোংনরি। আসামীশিংনা থাঙ্গালবু মখোয়গী ইতিহাসকী ভাংকক অমা পনশিল্লগা মোয়া মরিম্না লালহৌবা অমগী মচা ওইহন্নবা কয়া হোংনরি। অগুম্না, অথোবা অসিবু মাইকৈ কয়ামরুমদগী কাংলুপ কয়ামরুম্না মাগী মাগী ওইনবা হোংনরকপা অসিনা থাঙ্গাল জেনেরেল, ফুদোংলবা সনাগুমলে।

জেনেরেল থাঙ্গাল মীভৈ মচানি। কাংগুবম শাগৈদা পোকপনি। অপোকপগী মিংনা কাংগুবম ক্ষেত্রি সিংহ কৌই। মৈদিঙু গম্ভীরসিংহগী মনাইনি। অয়া-লালকায়বা মভুংদা লাংথবান্দা মনিপুরগী কোনুং ওইরিঙৈদগী হৌনা থাঙ্গাল নিংথৌ খল্লকবনি। খৃঃ ১৮৩৪ গী জানুয়ারী তাং ৯ দা মহারাজ গম্ভীরসিংহনা লোঙ্গাগ্রবদা নিংথেমপিশক চন্দ্রকির্ত্তি অমদি মমাইবেম্মা মাইশ্নাম নীংগোল কুমুদিনীগী অচানবা মনাই ওইরে। খৃঃ ১৮৪৪ গী জানুয়ারী তাং ২৭, থাংজ নুমিৎকী নুমিদাংবাইরমদা নিংথেমচা নবীন সিংহনা মনাও ইবুংঙো নরসিংহবু হাংমবা হোংনবদা মাই পাক্তুম্না নিংথেমপিশক অমদি মচা ইবেম্মা কুমুদিনী জীলা ( কছাড় ) ভাম্না চেল্লি। চৌংগী লম্বীদা চন্দ্রকির্ত্তিবু থাঙ্গালনা মনমদা পোয়গা কছাড় য়ৌনবা লাল চেল্লি। চহি তরেংলোম ( খৃঃ ১৮৪৪—১৮৫০ ) লাল চেল্লিবা নিংথেমপিশক চন্দ্রকির্ত্তিগী সেবা তৌদুনা কছাড়দা লৈ। মরম

অসিনা খৃঃ ১৮৫০ দা চন্দ্রকির্ত্তিনা মনিপুরগী নিংথৌ অমুক ওইরকপদগী দি থাঙ্গাল সনা কোন্নুংগী অথোইবা অওম্বা অমা ওইখ্রে। চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজ না পাল্লিন্ডেদা অল্লাবা ভারবা সাহেবশিংবু করো তম্পাক, লুসাই অমদি কোহিমালচিংবা লানফম কয়াদগী কনবিখিবা অসি জেনেরেল অসি লৈবনা অমদি যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মপান্দগীনি। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ-কুম্না জেনেরেল অসিগু সাহেবকা নকুনা ভিন্নরুবা অত্নক সাহেবকী ক্রত্ত'ৱাখল থওবা ঙমখি। মরম অসি লৈবনা নোংমা নত্রগা নোংমদি মনিপুর সাহেবশিংনা-শোয়দনমক য়োংশিনখিগনি হায়বসি অথোবা অসিনা থওখি। রায়ম অসিদগী থাঙ্গাল সাহেবশিংগী মপুকনুংদা কিশি থম্বা য়েকনবা ওইখি। মাওজমচংকী রারা রাখোং অসিনা মপুকনিংদা ফুমজনা থল্লগা মখুৎ চল্লবা ঐথোয়গী অথোবা থাঙ্গাল জেনেরেলবু সাহেবশিংনা বিচার তৌবা হোৱক্লে। শীরিবা মরাজনা সাহেব হাংপা য়াওবগী অমদি ইংরেজগী রানীগী মথক্তা লাল হৌবগী অসিনি।

থাঙ্গাল জেনেরেলগী বিচার অসি মীহাৎ-মীপুনগী মরমদা থওলবা বিচারপতি অমনা ভৌখিদ্রে। সাহেবনা লৌশিল্লবা মনিপুর অসিগী অহানবা বড়সাহেব ওইরক্কদবা মেজর ম্যাক্সওয়েলনা বিচারপতি ওইদুনা ভৌখ্রে। মরম অসিনা জেনেরেল অসিবু রায়েল কাটি থাখিব্রবা লোয়শঙ অসিদি সিফাইগী রায়েনশঙননি, হায়বদি মিলিটারী কোর্ট'ননি। অথোবা অসিগী মথক্তা শিজিল্লিবা মরালশিং অসিগু চুমদে, অমদি মঙোন্দা মরালশিং অসি পীশিনবা য়াদে হায়না অচুম্বা পুথোকনবা উকিলনচিংবা অমত্তগু নেকপা য়াহমখিদে। মনিপুরদা থন্নংলবা থা ফাদ্রিবা, সাহেবকী লান্মীগী অওম্বা ম্যাক্সওয়েলনা মনিপুরী লোল নত্তনা, অতৈ লোল অমমুক থওদ্রবা সাক্ষী তরুকথক থাঙ্গাল জেনেরেলগী মায়মোক্তা জবান পীহল্লে। অত্নগা অচুম্বা পুথোরক্কবনি হায়দুনা জেনেরেল অসিগী নকুবা মীওই অহুমথক অমবুনা সাক্ষী ওইনা থাঙ্গালগীদমক সাহেবশিংনা নেকপিরে।

থাঙ্গাল জেনেরেলবু বিচার তৌরিবা রায়েল শঙ অসিগী থৃাইদগী অওক্নপা লক্তম অমদি বিচারপতি ওইরিবা মেজোর ম্যাক্সওয়েল অসি

মনিপুরী লোল খণ্ডদে। মরম অসিনা মহাক্না হায়রকপা য়াগিং অসি কেশ অসিগী সাক্ষী ওইরিবশিং অমদি থাঙ্গাল জেনেরেলনা খণ্ডবা ঙমদে; সাক্ষীশিং অমদি থাঙ্গালনা থুম্লকপদনা সাহেব অসিনা অমুক খণ্ডদে। মতৌ অশুম্না লোল খঙনদবনা মরম ওইদুনা অমনা ঙাংই অমনা খঙদা অমনা খুম্মী অমনা খণ্ডবা ঙমদা নুমিৎ কয়ানিমুক চথরবা মতুংদা থাঙ্গালগী বিচার লোইশিনখে। বিচারগী রায়না জেনেরেল অসি সাহেব হাৎপদা য়াওই অমদি ইংরেজগী রানীগী মথক্তা লালহৌবগী লুচিংবা অম-ঙুনি হায়বশি প্রমান তোরে। মরম অসিনা মহাকপু শিদ্রিক্কাওবা ফাঁসি তৌগ্নুনা হাৎকদবনি অসিনি। ম্যাক্সওয়েলনা রায় ইবা মতমদা সরকারগী সাক্ষী ভরুক অহ্গী জবানবুদি নিংথিনা নৈনৈ অমদি অচুম্বনি হায়না থাজখি অদুগা থাঙ্গালগী সাক্ষী অহুমথক মহাক্না পুথোকপিখিবা অদুগী জবান্না নৈনরুনবগী অরাবদু লৌদে অমদি অচুম্বনি হায়নশু লৌখিদে। মহাক্না খৃঃ ১৮৯১ গী জুনগী তাং ১দা ইবা থাঙ্গালগী বিচারগী রায়দা অশুম্না হায়, “থাঙ্গালগী য়াথং মতুং ইন্না, হিংহৌরিবা আফিসার মরি অসিবু শঙলিংবদা হাংহন্নবা নমথাক তৌদুনা দরবার শঙ মনুংদা চঙহনখিবনি। সরকারগী সাক্ষীশিংগী জবান্না ময়েক শেংনা অমুক্না হায়রিবদি আফিসারশিং অসিনা দরবার শঙদা বন্দা ওইদুনা লৈরিঙৈদা থাঙ্গালশু তোপ গায়োংভা লৈ। মহাক্না যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকা তান্নরগা বন্দীশিং অসিবু হাৎলু হায়না হুকুম তৌখি। মরম অদুনা আফিসারশিং অসি হাৎখি।” মহাক মশামক্না পুথো-কপিবা থাঙ্গালগী সাক্ষীগী জবানগী মতাংদনা অশুম্না হেক্তা ইথোকই “ঐহাক্না থাঙ্গালগী জবানঅমদি মহাক্কী সাক্ষীশিংগী জবানবু থাজবা ঙম-দ্রে। মিঃ কুন্টন, কর্নেল স্কীন, লেফটেনেন্ট সিম্প্সন অমদি মিঃ কসিন্স হাৎখিবা অসি থাঙ্গালগী য়াথংদগীনি হায়বা ময়েক শেংনা প্রমান ফংলে। মরম অসিনা ঐহাক্না থাঙ্গালবু ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবগী হুকুম তোরে।”

মতৌ অশুম্না সিফাই ওইরিবা মেজোর ম্যাক্সওয়েলনা তাথোকখ্রবা থাঙ্গালগী রায় অসি অমুক্না মনিপুরদা লান্দাহ্রকথিবা সাহেবকী লান্মীগী সেনাপতি, সিফাই ওইরিবা, জেনেরেল কলেটনা য়ারে হায়না সহি তৌখ্রে।

থবক অমা পাঙথোক্লে হায়না নীংঙ্গ্রবা, অমদি থবক অদু মাই পাক্লসু পাঙথোকপ্রবদা, পেনথোক্লুনা লৈথোকপা হায়বসি ইংরেজ জাতিগী মরক্তদি কয়া ভোয়না থেংনদে। মথোয়না পাঙথোকপ্রবা থবক অদুগী অচুম-অরান অমদি অক-ক্ষত্তা তুংগী মীওইশিংনা লৈনরগা কল্লি অমুক হায়নরকদে খনবা অসি জাতি অসিগী মীওইশিংনা থরা হেনবগুম থেংনৈ। মরম অসিদগী ওইবা ভাই, হন্দক মথোয়গী সিফাইগী কে ট'না, মথোয়না বিচার তৌকম থোক্তবা মনিপুরগী জেনেরেল থাঙালগী বিচার তৌথোক্লুবা রায় হায়দোকখ্রবা মতুংদা তুংগী মীরোলবু ফিরক্লুনা থাঙ্গালগী সহি লৌরগা, জুনগী তাং ১৮, খৃঃ ১৮৯১ দা সিমলাদা লৈবা ভারতকী গবর্ণর জেনেরেলদা নীংশিং চেরোল অমথক লানখৎহনখিবসি। মরমদি চেরোল অসিমা লানথৎহোরবদি, ভারতকী গবর্ণর জেনেরেলগু রাফম অসি খঙলগনি, অদুগা, মচিন তুমখৎলকপা অথৌবশিংবু শোইদংলিংবা সাহেবকী অপাম্বা অসিমগু লৈবাক মচা তাবা মওংদা পাংথোকপা য়ারগনি অসিনি। অদু ওইরবদি লিলগু শিরে অদুগা চৈগুনা তেক্লে। রাফম অসি থাঙ্গালগী নীংশিং চেরোলনি হায়রিবা অসি লৈনরগা ইরাই লাইনা খঙবা অদুম্মক গুম্মী। নীংশিং চেরোল অসি নিংথিজরবা ইংরেজীদা ইবনি। মতম অসিদা মনিপুরদা ইংরেজী কাবক কাবক ইবা পাবা ফাওবদং হৈবা মীওই মশিং অমা অনিদগী হেন্না লৈরমদে। মথোয় অদুগু রেসিডেন্সিদা থবক তৌবা মীওই ভাক্তনি। সাহেবনা মনিপুর লৌখ্রবগী মতুংদদি মথোয়গু সাহেব অদুম্মক ওইখ্রবনি। মরম অদুনা চেরোল অসি সাহেবশিংনা ইবিবনি হায়বদা লান্দে। অনিশুবা রাফমনা, নীংশিং চেরোল অসিদা সাহেবনা থাঙ্গালদা পীরম্বা সার্টিফিকেট ১২ নি হায়দুনা য়াওরিবা অসিদি, থাঙ্গাল জেনেরেলদগী ওইরোট, রেসিডেন্সিদা কপি থম্লিবা অদুদগী কপি লৌথোক্লগা ছাপচিনবা ওইগনি। অহুমগুবদনা, নীংশিং চেরোল অসি অহানবা ভাংকক মক্তদা ইরিবা "নীংশিং চেরোল লানখৎচরিবা মশামক্তা ভাইসরোয়গী থোজাল নীজনি। মনিপুরগী হৌথিবা ইরাওদা আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ কুইন্টন

অমদি মহাক্কা লোইনখিবা ইংরেজ আফিসারশিংবু হাংভোকখিবা অদুদা চে লানখৎচরিবা অসিসু য়াওই হায়জিনবিদুনা মহাকপু ফাঁসি ভোদুনা হাংনবগী য়ায় ভাবিরে। নীংশিং চেরোল লানখৎচরিবা অসিদি মরাল লৈজদবনি, মথাইদদি কনবিনবা হায়জরি” হায়বা অসি অরানবনি, য়ুম্ফম য়াওদবনি। চেরোল অসি ইবিরিবা মীওই অদুনা থাঙ্গালগী মরা শুকয়াও য়াওদনা অথোবা অসিবু তুংগী মীরোলনা শেরায়না খলহন্নবা অনিংবা অমা য়াওনা ইশিনবিবনি। মরমদি 'মেজোর ম্যাক্সওয়েলনা থ্রাইদগী থাজবা য়াবা সাক্ষীনি হায়না লৌখ্রবা, উসর্ব্ব সিংহ, অপোকপগী মিংনা চুড়ামনি সিংহ, কবো লৈকাইদা লৈবনা হায়রি, "থাঙ্গাল জেনেরেলনা ঐবু কৌই অদুগা চিক কম্মিশনারনচিংবা সাহেবশিংবু মচিল থুপ্পু হায়না হুকুম ত্তোই।" মচিল থুপ্পা হায়বদি হাংভোকপা হায়বনি। এন্টোনি ত্রেট জেজনা 'হিষ্ট্রি টুডে'গী চেক্কোং অমদা অশুম্না ইরি, "ভারত সরকারগা মনিপুরগা অমুক হন্না মরুপ ওইনরকখিগনি হায়বগী থাজবা অসি জেনেরেল থাঙ্গালদা লৈখিদ্রে। মরম অদুনা সাহেবশিং অসিবু হাংভোক্কবা তকশিনখি।" বিলাটকী মহারানী ভীক্তোরিয়ানা সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট ফোর ইন্দিয়া ওইরম্বা লর্ড ক্রোসতা খৃঃ ১৮৯১ গী আগষ্ট তাং ৮ অমদি তাং ১০ দা ইখিবা চেরোলদা হায়' "মরি লৈনবা চে ময়াম য়েংলগা মিঃ কুন্টন্নচিংবা আফিসারশিং, মনিপুরদা হাংখিবা অসি জেনেরেল থাঙ্গালগী য়াথংদগীনি হায়বসিদা চিংনিনিংঙাই লৈতে। মরম অদুনা মহাকপু ফাঁসি ভোদুনা হাংপদা অরানবা লৈত্তে।" অতোপ্পা য়াকম অমনা, জেনেরেল থাঙ্গালদি হায়দোকখ্রবা রা হজিনবা হৈতবা মীওইনি। শিববু লৈগী দোলাই তোংবগুম্না খল্লোকপা ওঝা অথোবা অসিনা শিবা কিদুনা, মহাক্কা য়ানিংদ্রবা য়েক্কবদা মথরাই কন-বিনবা হায়জখি হায়বা অসি থাজনবা হোংনবদা য়ায়া রানা থোক্রবা রাকম ওাক্তনি। মরমদি ফাঁসিগী সগাই মথক য়োরবা ক্কাওবদা শিববু কিবিবদি লাইরবুনা, ফাঁসিগী থোরি কোঙ্গোয় হুকচিনবা চণ্ডলক্ষপা সার্জেন্ট অদুদা উশিত্তনা 'ভোজবা শারিশে' হায়বগী মিংয়েংদা য়েংলগা

ৗনা হৌনা নোকপা ঙমখিবা ঐখোয়গী অথৌবা থাঙ্গাল জেনেরেলনি।
য়ুরম ময়াম অসি নিংখিনা নৈনরগা থাজালনা মখয়াই কনখিনখগীদ-
মক্তনি হায়দুনা সাহেবশিং হাংপদা মাদি য়াওজদে . হায়হন্দুনা নীংশিং
চেরোল অমখক ভারতকী গভর্ণর জেনেরেলদা লানখংহনখিব্রা অসিদি
সাহেবকী চলাকনি, মখোয়না শেমজিনখিবা চেরোলনি।

জেনেরেল থাঙ্গ'লগী বিচার লোইবগা সাহেবশিংনা মহারাজ কুলচন্দ্র, যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ, অঙোসনা সেনাপতি অমদি জীলাঙবা শগোলহঞ্জবগী বিচার তৌনবা থৌরাং তৌবা হৌরে। মরম অদুনা ভারত সরকারনা মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ, যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ সিংহ; সেনাপতি অঙোসনা অমদি জীলাঙবা, শগোলহঞ্জববু বিচার তৌননবা রায়েনশঙ অমা শেমখ্রে। রায়েনশঙ অসি স্পেসিয়েল ত্রিবুনেল হায়না খঙনৈ। ইংরেজ লানমীগী সিফাই ওইরিবা লেপ্টেনেন্ট কর্নেল সেন্ট জোন মিটচেলনা ত্রিবুনেল অসিগী প্রেসিডেন্টনি। অদুগা ইংরেজ লানমীগী অফিসার অনি অমগা ইংরেজ সরকারগী সিভিল সার্ভিসকী অফিসার অমগনা ত্রিবুনেল অসিগী মেম্বর ওই। ত্রিবুনেল অসিনা মহারাজ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংবু বিচার তৌবা হৌরে। শীথিবা মরালনা, (১) ইংরেজগী রানীগী মথক্তা লাল তৌবা; (২) ব্রিটিশকী আফিসার মরি মনিপুরদা হাৎখিবা অদুদা ঈনশিনবা য়াওবা অমদি (৩) আফিসার মরি অসি হাৎখিবদা য়াওরুবগী মরাল লৈরে। কেশ অসি চৎথনবদা সরকারগী উকিল ওইদুনা মরৈ য়েৎ-লিবনা, থাঙ্গাল জেনেরেলগী বিচার তৌখ্রবা মেজোর ম্যাকক্রওয়েলনি। মরাল লৈয়বনি হায়না বিচার তৌগদৌরিবা মনিপুরগী মহারাজ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংগীদি মনিপুরগী রাংমদগী উকিল নেকচবা য়াবিখিদে। ইম্ফালদা লৈবা কোন ফোংপগী থবক তৌবা জানকি নাথ বাসাক কৌবা নুপা অমবু মনিপুরগী মহারাজ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংগী উকিলনি হায়না পুখোরকলে। ত্রিবুনেলদা পীখিবা জানকি নাথ বাসাক, মশাগী অইবা চেয়োলনা হায়রিবদি, মহাক অসিদি চুয়ভগী ইংরেজী খরদং ইবা পাবা হৈবা মীওইনি। মহাক উকিল নত্তে। আইন হায়বনা

করিনো হায়বহৃগু মহাক্তী থগুদে । মীহাৎ মীপুনগী উকিল ওইনা কেশ লেপল্লুবদি লায়রহ্নুনা মপুন্সিগী ওইনা মীহাৎ মীপুনগী থোদোক রা-থোক্ত ফাওবা মহ ক্তী অমুক্তা য়াওজরক্তি অসিনি।

অগুম্না শেম্নবা রায়েনশগু লসিগী মমাংদা ব্রিটীশ সরকারগী ওইনা সাক্ষী ১৫ অহ্নগা মনিপুর মহারাজ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংগী ওইনা সাক্ষী ৬ থক্কী জবান লৌথি। মখোয়না পুথোকচবা সাক্ষী ১৫ অহ্নগী জবান্দা য়ুমফম ওইরগা ত্রিবুনেল অসিনা যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ সিংহবু ইংরেজগী রানীগী মথক্তা লালহোবা অমদি ব্রিটীশকী আফিসার মরি মনিপুরদা হাৎথিবা অসিদা ইনশিনবা য়াওক্লবগীদমক মরাল লৈরে হায়না রায় তারে। দন্দিনা শিদ্রিফাওবা ফাঁসি তৌহ্নুনা হাৎপা অসিনি। মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ অমদি মনাও ইবুংঙো অঙোসনাবুনা ইংরেজগী রানীগী মথক্তা লাল হোবগী মরাল লৈরে হায়না রায় তারহ্নুনা, মখোয় অনিবুগু শিদ্রিফাওবা ফাঁসি তৌহ্নুনা হাৎপা হায়না লাওথোক্লে। মনাও ইবুংঙো জীলাগুম্বদি মতম অসিদা নবালক ওইরিবনা রানীগী মথক্তা লাল হোবগী মরাল লৈরবগু মহাকপু ফাঁসি তৌহ্নুনা হাৎপা হায়না রায় তাদ্রে। মহাকাদি, মহাক্তী মমিংদা লৈজরিবা মরল মথুম পুম্নমক সাহেববা লৌশিন্নগা সাহেবনগু মঙোন্দা পেশিন্নচিংবা অমত্তা পীবা তৌদনা মপুন্সি চুপ্পা মনিপুরদা হল্লকপা য়াদনা শিলটতা লৈগদবনি হায়না রায় তারে।

স্পেসিয়েল ত্রিবুনেল অসিনা মনিপুরগী মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংগী মথক্তা বিচারসি হায়হ্নুনা তৌখ্রিবা অসিগী রায় য়েংলুরগা ঐখোয়না খগুলিবদি ত্রিবুনেল অসিনা পীনিংলিবা দন্দি অসিদি হায়না লেপথোকপ্রবনি চাওথৎলবা লৈবাক অতৈগী মমাংদা ইংরেজ জাতিদি লৈবাক মচা তাবা লৈবাক অমনি হায়বা উৎননবা, মমিংতগী ওইনা বিচার অসি অহ্নক তৌশিন্নখিবনি হায়বা অসিনি।

খৃঃ ১৮৯১ গী অসিবাইদদি বেঙ্গলদদি সাহেবপু ভারতগী ভানথোকখিনবগী অচৌবা ঈহৌ অমা লাকপা হৌগ্রবনি। ঈগী লমলদি ইভনা শিগুগ্নদবনি, ফু-চৈহ্নুনা সাহেবশিংবু ভারতগী নমহ্নুনা ভাম্থোকখিগদবনি

হায়বা রাখল অসি মতম অদুগী বেঙ্গলগী খোল্লাওনি। মরম অসিনা মনিপুরদা সাহেব হাংলকপা অমদি সাহেবকা মনিপুরগা লান লোক্নরকপা থৌদোকশিং অসি, য়াম্না খোয়দানা য়েংহনা লৈখিবা মীওই কম্লামরুম কলিকত্তাদা লৈরম্মী। বিলাটতগী ব্যারিস্টর পাশ ভোৎনা থোরক্লবা মনমোহন ঘোষ, মীওইশিং অদুগী মরক্তা অমনি। মনিপুরদা থোকখিবা ইরাং ময়াম অসি য়াম্না কুপথনা য়েংহনা লৈরম্বা ঘোষনা স্পেসিয়েল ত্রিবু- নেলনা মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংগী মথক্তা তাশিন্নবা রায় অসি পাক্নরগা য়াম্না নুংঙাইতনা থোকখে। খুদক্তা চে পায়খত্তুনা মনিপুরগী মহারাজ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংগী উকিল ওইজগে হায়না ভারতকী ভাইসরোয় অমদি গভর্নর জেনেরেল ওইরিবা লর্ড লেন্সডাউন্দা দরখাস্ত লানশিল্লে। দরখাস্তকী চেয়োল পাবদা, মনমোহন ঘোষ অহৈবা উকিলনি হায়বা থঙদোকখে। মরম অসিনা মহাক্না মনিপুরগী মহারাজ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংগী উকিল ওইদুনা চোংথোরক্লবদি ত্রিটীশনা থল্লিবা রাখল অদু লোয়বা তারে হায়না খন্নরদুনা মহাক্না হায়জরকপা অদু ভাইস- রোয় অসিনা য়াখিদ্রে। অদুম ওইনমক, ত্রিটীশতি আইনবু কিনা চৎলিবা জাতি অমনি হায়বা উৎননবা ঘোষনা হায়নিংলিবা রারোলশিং অদু অইবা চে ওইনা মনিপুরগী মহারাজ অমদি মহাক্কী মনাও ইবুংঙোশিংগী মহুৎ- শিনবা ওইনা লানশিনবা ফাওবদি য়াগনি হায়না থঙহল্লে। মশামক্না চোংথোক্নুনা উকিল ওইরগা সাহেবকী ওইনা পুথোকখিবা সাক্ষি ১৫ অদু অমুক্তংগা হন্না জবান লৌনবগী খুদোং চাবা ফংলম্লবদি হায়না শিঙখিবা ঘোষ, তাঙ্গা অসি ফংখিদ্রবদা নীংবা কায়ম্রে। অদুম ওইনমক অইবা চে অমা থানবগী খুদোংচাবা পীরিবা অসিমদি লৌহৌবনা চুম্লে থল্লদুনা মনি- পুরগী মহারাজ কুলচন্দ্র অমদি মনাও ইবুংঙোশিংগীদমক, মহাক্না মহুৎ শিন্নগা অইবা চে অমা ভারতকী গবর্নর জেনেরেলদা লানশিনগ্রে।

মহাক্কী চেয়োলদা মনমোহন ঘোষনা হায়খি ; "খৃঃ ১৮২৬ তা ভৌথিবা য়ান্দাবু চুক্তিগী মতুং ইন্না মনিপুরদি মনিং মথা ভম্লবা লৈবাক অমনি। য়ান্দাবু চুক্তি অসিগী মতুংদা ব্রিটিশ অমদি মনিপুরনা চুক্তি কন্না ভৌনখি।

অসিগুম্বা চুক্তি অমত্তদা মনিপুর অসি ব্রিটিশকী মখা পোল্লে হায়না ইনথিবা য়াওদে। সাহেবশিংগী লানমীনা মনিপুরগী মথক্তা লাল ভৌয়ে হায়না লাওথোকখিবত্তু লৈত্তনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ কানবা যুবরাজ শঙ্গায়দা অহিংদা লান্দাখিবনি। শঙ্গায় শেন্নবা মনাইশিং চাংখিবনি। শঙ্গায় ইমুংগী মনাই মশল হাংখিবনি। উশম লৈকাই, য়াম্বেম লৈকাইনচিংবা লৈকাইময়াম অসিগী য়ুম মৈত্তু থাখিবনি। সনা কোনুংগী সিঙ্কাইনা মশা কঞ্জনবতগী ওইনা খুংলাই পায়দবা য়াদহনা পায়খিবনি। মরম অসিনা মনিপুরগী মহারাজ কুলচন্দ্র, মনাও ইবুংঙোশিং অমদি অঙম অথৌ কয়াগী মথক্তা বিলাটকী মহারানীগী মথক্তা লাল হৌবগী দন্দি ফংফম থোকই হায়রিবসি লাল্লি অমদি য়ুম্ফম য়াওদবা রাকম্নি।"
"দন্দি ফংবা ভারবদি মনিং তম্লিবা মনিপুরগী মথক্তা লাল হৌবগীদমক ব্রিটিশ সরক'রগী আফিসারশিংনা ফংগদবনি" মহাক্না মখা তাথনা ইখি। "অনিশুবা ওইনা শীরিবা মরাল অসিগী মতাংদদি, হায়বদি ব্রিটিশকী আফিসার মরি মনিপুরদা হাংখিবা অসিদা মহারাজ অমদি মনাও ইবুং-ঙোশিংশু ইনশিনবদা য়াওই হায়রিবা অসিদি অতিক চাবা প্রমান ফংদে। য়াওরম্বা য় ই হায়না অহুক চিংনরুবগী রাতনি, মথোয়গী য়াথংদগী সাহেবশিং অসি হাংখিবনি হায়বসিগীদি প্রমান পীবা ঙমদে" ঘোষনা মহাক্কী দরখাস্ত অহুদা মরিক চূয়া ইখি। "ময়মশিং অসি লৈবনা মনিপুরগী মহারাজ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংগী মথক্তা ত্রিবুনেলনা পীরিবা রায় অসিদি লাল্লবনি" হায়না মনমোহন ঘোষনা দরখাস্ত অহুদা মরিক চূয়া ইখি। অহুবু, মহাক্না দরখাস্ততা হায়রিবা রারোল ময়াম অসি অচুম্বনি হায়না ত্রিবুনেলগী মমাংদা হায়রুনবগী ভাঞ্জা পীখিদবা অমদি দরখাস্ত অসি পিশিনবা চৎপা মতমদা, গভর্ণর জেনেরেলদা রারমশিং অসি অচুম্বনি হায়নবা মশামক থোক্তনা বা ঙাংলুনবগী খুদোংচাবা অহু ফংখিদ্রবনিনা স্পেসিয়েল ত্রিবুনেলনা হায়দোকপ্রবা রায় অহু অচুম্বনি হায়না ভারতকী গভর্ণর জেনেরেলনশু অয়াবা পীখ্রে। দরখাস্ত অসি থারুবনা, অহোংবা থরদং পুয়কপা ঙমখিবা হায়ববু, মহারাজ কুলচন্দ্র

সিংহ অমদি মনাও ইবুংঙো অঙৌসনাগী মতাংদনি। স্পেসিয়েল ত্রিবু-নেলনা মখোয় অনিবুশু শিদ্রিফাওবা ফাঁসি তৌহনা হাংকদবনি হায়না রায় পীরিবা অদু ঘোষকী দরখাস্ত অসি পায়গা মখোয়বু হাৎপগী মহুত্তা, মখোয়গী মমিংদা লৈবা মরল মথুম পুম্নমক ভারত সরকারনা মৎলগা মখোয় অনিবু মপুন্সি চুপ্পা কালাপানিদা থাবা হায়না হোং-দোকখ্রে।

গভর্ণর জেনেরেলগী অয়োয়বা রায় ফংলহনা মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ অমদি মনাও ইবুংঙো অঙৌসনানা মনিপুরগী জেলদা মতম খরা লৈরম্লগা তেজপুরগী জেলদা অমুক সেপ্তেম্বরগী তাং ৪, ১৮৯১ দা হোংখ্রে। জেল অসিদা মতম খরা অমুক লৈরম্লগা ঈশিংগী লম্বীদা চৎননবা জহাজ-নচিংবা থোরাং তৌরগা এসঃ এসঃ শাহাজহান্দা তোংহনা মনিপুরগী অঙম অথো কয়াগা লোয়ননা মহারাজ কুলচন্দ্র অমদি মনাও ইবুংঙো অঙৌসনা পোর্ট ব্ল্যারদা খৃঃ ১৮৯১ গী নবেম্বর তাং ২৩ দা থুংখি।

মনিপুরগী রাথোক অসিনা বিলাটকী মহারানী ভীক্টোরিয়াগী নাকোং য়োরক্লবদা রানী মশামক্ত খৃঃ ১৮৯১ গী আগষ্ট তাং ৮ অমদি তাং ১০ দা লর্ড ক্রোস, সেক্রেটারী ওফ ষ্টেট ফোর ইন্দিয়াদা চিঠি ইখি। ইখিবা চিঠিশিংদা মনিপুরগী যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মথক্তা ফাঁসি তৌহনা হাংকদবনি হায়না রায় তাখিবা অসিবু য়ানিংদবা ফোং-দোকখি। যুবরাজ অসিগী মথক্তা শীরিবা দন্দি অসিগী মরি লৈনবা চে-চাং নিংথীনা য়েংলগা টীকেন্দ্রজিৎপু ফাঁসি তৌহনা হাংকদবনি হায়রিবা অসি প্রমান রাংলি ময়ম অহনা মঙোন্দা পীরিবা শিদ্রিফাওবা ফাঁসি তৌহনা হাংকদবনি হায়বা অসি খরা কোমথোকহন্নবা হায়খি। লর্ড ক্রোসনা মহারানীগী অনিংবা অসি পাংথোক্লবা ভারতকী ভাইস-রোয় অমদি গভর্ণর জেনেরেল লর্ড লেন্সডাউন্দা থগহনখ্রে। অদুম ওইনমক যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎপু ফাঁসি তৌহনা হাংত্রবদি ভারতকী ভাইস-রোয় ওইবা ফাওবা তোকনি হায়না ইরকপা লর্ড লেন্সডাউনগী পাউখুম ফংবদগীদি মহারানী ভীক্টোরিয়াগী মরা অদু ইনবিখিদরে।

ইংরেজগী মহারানী ভীক্টোরিয়া ফাওবগী মরা লৌবিদ্রবা ভারতকী গভর্ণর জেনেরেল লর্ড লেন্সডাউন্না যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল জেনেরেল, নীরঞ্জন সুবেদার, কাজাও অমদি চরাই থাঙ্গালনচিংবু শিদ্রিফাওবা ফঁাসি তৌহ্না হাংনবা অয়াবা হুকুম পীখ্রে। অশুম্না, নীরঞ্জন সুবেদার, কাজাও অমদি চরাই থাঙ্গাল মনিপুরগী জেল মনুংদা শিদ্রিফাওবা ফঁাসি তৌহ্না হাংখ্রে।

যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ অমদি জেনেরেল থাঙ্গালবু ফঁাসি তৌহ্না হাংকদবা অসিদি তুমিন্না কনাগুম্বা খঙদনা জেল মনুংদা হেক্তা হাংতোকপদা সাহেবশিংনা পেল্লোইদৌরে। সাহেবশিংবু ফোংনা য়াখিদ্রবা মনিপুরগী লুচিংবা অনি অনি তাংপদা ব্রিটিশকী মতীং উংকে অমদি লৈবাক কুস্মি ওইহনগে চায়না লেপখ্রে। মসিনা সাহেবকী মগুন অমদি মতিক মথৌনা মনিপুরদা হেনগৎলক্কনি অসিনি। মরম অসিনা খৃঃ ১৮৯১ গী আগষ্ট থাগী তাং ১৩, শগোলশেল নুমিৎকী নুংথিলগী তা' ৫ তাবা মতমদা অথৌবা অনি অসিবু কৈদাবুংদা (হৌজিক্কী বীর টীকেন্দ্রজিৎ পার্ককী চাংথৈরোম থংবা শরুক অমদা) মনিপুরগী প্রজা পুম্নমক্না উবা ফংনদনা কুস্মি তৌরগা হাংলগে হায়না শেম শাবা লোইখ্রে।

লৈবাক মমাংদা কুস্মি তৌরগা ঐখোয়গী অথৌবা অনিবু লেম্নবগুম হাংকনি খল্লগা সাহেবকী রাখল অত্ত মহৈ য়ানখিদ্রে। মরমদি শগোলশেল নুমিৎ অসিগী অয়ুক অঙনবদগী হৌনা কৈদাংবুংগী অকোয়বদা মীনা কিরিক কব্রিক ইহ্নরা তিনবা তৌখ্রে। তীল্লিবা মীশিং অদুগী অয়াম্বনা নুপানি। অগুম্না নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অনি অহুমলোম তাবা মতম অদুরাইদদি তিল্লিবা মীয়াম অদুনা য়াম্মনগ্রহুনা নুংশিৎ ফাওবা লেপখ্রে হায়বা য়াই। মরম অসিনা কুস্মি তৌরুবগী রাখলদি লাইরংহ্না মীয়াম অদু তকথোক্রবা হোংনবদা সাহেবশিংগী উপাই লৈরক্তুহ্না শামু পুথোক্লুনা শিজিন্নবা হৌখ্রে। নুংথিলগী পুং ৪ রোম তাবা মতমদদি যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ অমদি জেনেরেল থাঙ্গালবু মীয়াম অদুগী মমাংদা কৈদাবুংদা শারিবা মখোয় হাংনবা ফঁাসিগী সগাই অদু ফাওবা পুহ্না

লাকপা ওমখিদ্রে। পুংনদি অহুম ভ্যাশিল্লক, উপাই লৈরক্তুহনা ৪ংশুবা গুর্খা বাইফলসকী কর্নেল ঐইচঃ ইভান্সপু লুচিংহল্লগা নোংমৈ পান্নবা সিফাই শঙ্গ অমা থাদোরক্লে। অশুন্না কৈদাবনংদা ফাঁসিগী শগাই শাব্রিবা অংগী অবাংদা সিফাই ১৫০ অমনা নোংমৈ মচাক হান্দুনা মীয়াম অদুবু ঙাক্লে; মখা থংবদনা অতোপ্পা সিফাই ১৫০ অমন, নোংমৈ মচাক হাল্লগা ভগুনা ইন্দশিল্লক্রিবা মনিপুরগী মীয়াম অদুবু ঙাক্লে। অশুন্না শগাইগী মনিং অমদি মমাংদগী নোংমৈ মচাক হাল্লবা টংবেজ সিফাই চামা চংমানা কোয়শিনহল্লগা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমদি জেনারেল থাঙ্গালবু শিংট্রিক ওবা ফাঁসি তোইনা হাংথে। ঐখোয়গী লুচি ন অনিগী থবাই য়াওদ্রবা অশিবা হকচাং অনিদুনা ফাঁসিগী শগাইদা পুং অমা য়ান্দুনা থমখিবা অদুবু, য়েংদুনা কৈবা ঙম্বা মীওই কনা অমত্তা অদুগা য়াম্না ত্তিল্লবা মীয়ামগী মবক্তা য়াওখিদে। মরৈবাক্কীদমক নংশিজবা অথোবা অনিগীদমক অদুক য়ামখ্রবা মীয়াম অদু মখোনথে ক্লা কপখি। মপুক্রিংদা থনখি, ‘*নখোগুযম্বা অথোবা পোকপা লৈবাক অসিনা কয়া কুইনা মীনাই ওইদুনা লৈগদগে।*’’

মহারাজ কুলচন্দ্র, মনাও ইবুংঙোশিং অমদি লৈবাক অসিগী অহুম অংথৌপি বু ইংরেজ রানীগী মথক্তা লালহৌবা, সাহেব হাৎপদা মতেং পাংখিবা অমদি সাহেব হাৎলুবগীদমক মরাল লৈরে হায়না মরাল শীরগা স্পেশিয়েল ত্রিবুনেল অমদি মেজোর ম্যাক্সওয়েলনা বিচার তোরগা দন্দ পীখ্রিবা অসিদি অরানবা খোঙথাংনি হায়দবা য়ারোই। করিনা হায়রবু এপ্রিল তাং ২৭, ১৮৯১ গী অয়ুক ফাওবা মনিপুরদি মনিং মথা তম্লিবা লৈবাক অমনি। মনিং মথা তম্লীবা লৈবাক অমগী নিংথৌনা অমদি মহাক্কী অঙম অথৌশিংনা পাঙথোকখিবা থবকপু লৈবাক অসিনা মনিং ঙম্বা মাঙশ্রবা মতুংদা, অনৌবা লাকপা য়ুমদাংবা মপুনা, মপু শারগা অরানবা শীনবা হোৎনবা হায়বশি অকনবনা অচুম্বা শকপা, ঙম্লে হায়দুনা তোবা, লৈবাক মচা তাবা রাৎপ্, মীওই কাংলুপকী শাজংনি। লীশাং শিংনা মনিং তম্না-পাঞবকপা লৈবাক অসি খৃঃ ১৮১৯ দগীনা খৃঃ ১৮২৬

ফাওবদি অয়াঙাম নংড়মা নীংতম্বা মাওজুয়ে হায়বা য়াই। অদুবু খৃঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুয়ারী তাং ২৪ দা ব্রিটিশ অমদি বর্মা লৈবাক অনিগী ময়ক্তা তৌরখিবা য়ান্দাবু চুক্তীগী, অনিগুমা য়ানবানা, মণিপুরগী নিংথৌ গম্ভীর সিংহবু মনীং তম্বা মণিপুরগী মনীং তম্বা নিংথৌনি হায়বসি ব্রিটিশ অমদি বর্মা লৈবাক অনিনা য়াগ্রবনি। চহি খরগী মতুংদা, হায়বদি খৃঃ ১৮৩৩ গী এপ্রিল তাং ১৮ দা মণিপুরগী নিংথৌ গম্ভীর সিংহনা ব্রিটিশ সরকারগা মণিপুরগী লোংচুপ থংবা গুমথৈ য়াংপগী মতাংদা য়ানখিবা চুক্তি অসি লৈনরগনু মণিপুর অসি মনিং তম্বা লৈবাক অমনি হায়-বা ময়েক শেংনা তাক্লি। করিনা হায়ববু, য়ান্দাবু চুক্তিগী মতুংদ-গীদি আসাম পুয়মক, কছাড় য়াওনা, সাহেবকী লোইলম ওইখ্রবনি। মতম অসিদা মণিপুরনা সাহেবকী মখা পোল্লবা থোক্রবদি সাহেব অমদি গম্ভীর সিংহগী লৈবাক্কী মরক্তা গুমথৈ অমুক য়াংনবগী মথৌ তাদে। য়াক্নম অসি খৃ: ১৮৩৫ দা মণিপুরদা ব্রিটিশনা পোলিটিকেল এজেন্ট হায়বা মথোয়গী আফিসার অমা থারকপা হৌখ্রিবা অসিনা চুম্বনি হায়বা অমুকসু ময়েক শেংনা তাক্লে। মণিপুরদা থারক্লিবা পোলিটিকেল এজেন্ট অসি হৌজিক্কী মতমদা হায়রগনা মরুপ ওইবা, মনিং তম্বা লৈবাক-শিংগী মরক্তা থম্লিবা রাজদূত অসিমক্লি। কলিকতা হায়কোর্টনা খৃঃ ১৮৬৫ অমদি খৃ: ১৮৬৭ তা হায়দোকখিবা রায়শিংদা মণিপুরগী মহারাজদি ইংরেজগী য়ানীগী মরুপ শান্নবা এসিয়া মহাদেশকী মনুংদা লৈবা মনিং-তম লৈবাক অমনি হায়রি। ঐথোয়না খঙজিনবদা নুংঙাইনা থোক্লিবদি, হায়রিবা চহিশিং অসিদদি হায়কোর্ট অসিগী জজ পুয়মক বিলাটতগী লাকপা সাহেব মচা গুপ্তনা ওইরি। মরম অদুনা মণিপুরবু 'মনিং তম্বা লৈবাক্লি হায়নবা হোংনবদা মথোয়গী মপুক্লিং অহ্ য়ায়া নারমগনি। তঙাইফদনা অচুম্বা ওইখিবদগী হায়দবা য়াদ্রদনা হায়রম্লবনি। অদুগা অমুক, ডা: ব্রাউন হায়বা সাহেব অমনা খৃঃ ১৮৭৩ দা ইবা মাগী লাইরিক ষ্টেটিসটিকেল একাউন্ট ওফ মণিপুর হায়বদুদা অগুম্বা ইরি, "বর্মাগী লাম হেক লোইরবা মতুংদা মণিপুর অসি মনিং মখা তম্লবা লৈবাক অমা

ওইয়ে"। মথক্কী রায়োল ময়াম অসিনা মনিপুর অসি মখিং মথা ভম্বা মাওঙ্গ্রিবা লৈবাক অমনি হায়বা অহুম্মক ভাকচয়ে। অদুগ্ন সাহেবশিং অসিনা লৈবাক অসিদা থাংজিল্লকখিবা খোঙথাং থরনদি মনিপুর অসি সাহেবনা মমথবিবা হৌরবা লৈবাক অমগুম উহন্নবা হোংলৈ। রাকম অসিগু মমাশিজ লৈশারিঙৈগী, অপোনবদু নমথরগা অকনবনা শাজম ভোপবদজি হায়বা লৈঙাক্তজোল অহুনি। মণি সাহেবনা ভারত্তা খৃঃ ১৮১৮ দা শিজি-মথা হৌখি। মনিপুরদনা খৃঃ ১৮৮০ গী খাইদা শিজিন্নবা হৌপে হায়না থনখিবগী মমি থয়া অহুক ভাজখিবগী রানি। শমজিন্না হায়রবদা, মনি-পুর এপ্রিল তাং ২৭, ১৮৯১ ফাওবা মনিং ভম্বা লৈবাক্নি। মরম অহুমা মহারাজ কুলচন্দ্র, মনাও টিবুংঙোশিং অমদি মনিপুরগী অগুম-অথৌ প্রজা পুরমক সাহেবকী মথাদা লৈবা প্রজা ওইন্ত্রি। সাহেবকী প্রজা ওইবা মীওইশিংগী রায়েল্লবা সাহেবনা শেমজবা ভারতকী পেনাল কোডকী মথাদা মনিপুরগী মহারাজনচিংবদু রায়েনবা অসি লাগি অমদি থারা অসিগী মথাদা রায়েজ্জিবা অসি মরা জৌবা য়াদবনি।

রাকম অমনা, স্পেসিয়েল ট্রিবুনেলদা য়াওখিবা মী ৬ই পুরমক, প্রসি-ডেন্ট ওইখিবা সেন্ট জোন মিটচেল ফাওবা য়াওনা আইনগী হীরমদা ফরিগু থগুদবা মীওই গাক্তনি। মরম অসিনা মীহাৎ-মীপুনগী জুরবা বিচার চংথরকপা মতমদা মগুং করম্মা চংথপদগে মখোয় থগুদে। আইন থগুদবা জজশিং অসিনা বিচার ভৌরগা দন্দি পীগ্রিক রায়েল অসিদি মপুং ফাদবা অমদি চংনবা য়াত্রবা রায়েলগী রায় ওইফম থোকই।

আইন থগুদ্রবা মীওইভনঃ শাগ্রবা স্পেসিয়েল ট্রিবুনেল অসিনা মনি-পুরগী মহারাজ অমদি মনাও ইবুংঙোশিংবু ইংরেজ রানীগী মথক্তা লাল হৌথগীনি হায়না মরাল শীগ্রিবা অসিগু চুমদে। মনিং ভমজরিবা মনি-পুরগী যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎপু নমদুনা ফাগে হোংনরকপদা গুমদদুনা অহিংদা যুবরাজ শজাইদা লাম্দাখিবনি। যুবরাজগী মনাই মশম হাংখিবনি। মরাল লৈজরবা মীওই কয়াগী মদুম মৈ থাবিখিবনি। যুবরাজ অমদি

মহাক্কী মনাইশিংনা মশা কল্লমবা থুংলাই অহুক পাম্নজখিবগী রাজনি। লাল হৌবগী মরাল ফংকম থোক্লিবদি সাহেবশিংনি, মনিপুরগী মহারাজ মনাও ইবুংঙোশিং অমদি অঙম অথৌশিং অসিনা মত্তে।

ইংরেজগী অণ্ডম্বা হাংপদা মতেং পাংবা অমদি হাংপা য়াওবগী মরালনি হায়ড়ুনা অমুক্তা মহারাজ কুলচন্দ্র, মনাও ইবুংঙোশিং অমদি অঙম অথৌশিংগী মথক্তা বিচার তৌরিবা রাকম অসিমক্ত লাক্লি। মরমদি, মথক্তা নৈনমে, মনিপুর অসি মতম অসিদা মনিং তমজনা লৈজবা লৈবাক অমনি। মরম অড়ুনা লৈবাক অসিগীক্ত চংনলোল, রায়েল থৌদা, দম্নি পীনবগী কন্নাংনচিংবা অড়ুমক ময়েক শেংনা লৈজরম্মী সাহেবকী মী ওইজবা সাহেব মচা ডাঃ ব্রাউনা মথক্তা পনম্রবা মহাক্কী লাইরিক্তা অমুক্তা ময়েক শেংনা ইরি; "মানপুরদা খরাইদগী চাওবা মরালদি নিংথৌগী মথক্তা লাল হৌবনি। মশিগী দম্নিদি হাংপনি"। রাকম অসি খৃঃ ১৮৭৩ দা মাগী মথক্তা লাইরিক অসিদা ইরিবনি। লাইরিক অসিদা ইরিবা রারোল অসি মনিপুরদা রায় হায়দোকপা লাকখিবা আসামগী চিফ কম্মিশনার কুন্টন সাহেবখোয়নদি খওখিদ্রবা জাংলা। নত্রগা স্পেসিয়েল ত্রিবুনেলগী জজশিংনা পাবা নওহৌদ্রবরা। নত্রগানা, ভারতকী হৈ-শিং-জবা গভর্ণর জেনেরেল সাহেবনা খওশিন্নখিদ্রবরা ? আসামগী চিফ কম্মি-শনার সাহেবখোয় অসি মনিং তম্লিবা মনিপুরগী মথক্তা অহিংদা হুরাজনা লাল হৌরকপগীদমক মরাল লৈরে হায়না বিচার তৌরগা 'দম্নি' অসি পীড়ুনা হাংখিবনি। মীনা হাংপদি য়ারোই, ঐখোয়না হাংপদি য়াগনি হায়বা সাহেবকী বিচার মতৌশিনু করম্বা মথলগী বিচার মতৌনো। মখোয়না খুড়ুম চম্নবা মীনাই ওইরবা লৈবাক অমগী প্রজানি হায়ড়ুনা খল্লগা তৌবরা। অড়ুগু কয়মা হায়গনি। মরমদি তুংগী মীওইবু খরাইদগী কিজবা ইংরেজ জাতিনি হায়না মখোয়না মখৌ পোংনা লাওইজে।

ত্রিবুনেল অসিনা বিচার তৌবদা ঙাংখিবা, রেকোর্ড ওইনা ইখিবা লোলশি ইংরেজী লোল্লনি। মখোয়গী মমাংদা সাক্ষী পীনবা পুথোরক-খিবা মীওই পুমমক অমদি মরাল লৈরে হায়না বিচার তৌরিবা মনিপুরগী

মহারাজ কুলচন্দ্র, মনাও ইবুংঙোশিং অমদি অঙম অথৌশিং পুম্নমক ইংরেজী লোল হৈতে। মরম অদুনা উর্দ্দু লোলগা মীতৈলোলগ্গা। কৈবা পার্থ সিংহ হায়বা অমনা মীতৈলোন্দা খুম্বা জবান পুম্নমক মীতৈলোন্দগী উর্দ্দু লোন্দা হন্দোকই। পার্থনা উর্দ্দুদা হন্দোরকপা রাহৈশিং অদু সরকারগী উকিল ওইরিবা উর্দ্দু কাথক ফাবক থঙবা মেঙ্গোর ম্যাক্সওয়েলনা ইংরেজী লোন্দা অমুক হন্দোক্লগা ত্রিবুনেলগী জজশিংদা তাহল্লি। মরম অসিনা সাক্ষীশিংনা খুমজবা অশেঙবা জবান অদু মীতৈলোলদগী উর্দ্দু অমদি উর্দ্দুদগী ইংরেজী লোন্দা হন্দোরকপদদি সাহেবনা পামজবা জবানমক্তা মওংদা মথোরগী উকিল ম্যাক্সওয়েলনা শেমদুনা অদুম্মক খুমল্লে।

রারম মরাম অসি নৈনরুরগা ঐথোয়গী অথোবশিংনা ফংখি বা দঙ্গি অসিদি সাহেবনা বিচার তৌনবা শীখিবা মথক্তী মরাল অসিনা মত্তে হায়বা মরেক শেংনা থঙলে। সাহেবনা লোয়লম শন্দোরকপা মতমদা কাওবা লৈতনা খনখিবা রাথল অমদি থবক ওইনা পাঙথোকখিবা রাফমদি মথোয়না লৌশিল্লগে হায়না খনখ্রবা, মনৌংদি তমজরিবা লৈবাক্তী নিংথৌমচা অমদি অঙম-অথৌশিংনা মপাজল কনথংলক্লবদি মথোয়রব্ উপাই অমা নত্রগা উপাই অমা থিড়না মাঙহনখিনবা হোৎনবা হায়বা অসিনি। রাথললোল অসি রোমানগী নিংথৌরেল টারক্যুলিয়ান সুপর্বসনা হোদোক্লম্বনি। "নাপী ময়ামগী মরক্তা নাপী অমথক্তং খিজগত্তুনা লৈবা অসি ফ্লেংবদা নুংঙাইতবনি। মহাকপু ময়ামগা মান্নবা, অহেনবা মকোক অদু শোইদংকদবনি।" রাফম অসি ভারত লৌশিন্নবা হোৎনবদা সাহেবশিংনা চহি কয়াগী মমাংদা শীজিন্নবা হোখ্রবনি। মনিপুরদনা খৃঃ ১৮৯১ দতা শীজিন্নবা হৌখিবগী রানী। হায়রিবা রারম অসি বিলাটকী পার্লিয়ামেন্টতা অন্দর সেক্রেটারী ওফ ষ্টেট ফোর ইন্দিয়া ওইরম্বা স্যার জোন গোর্ষ্টনা পীখিবা রারোল অসি নৈনরগা তশেং তশেংনা চুম্নবনি হায়বা থঙলগনি। যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মপাজল মথৌনা অমদি মহাক্তী মরৈবাক নুংশিবগী রাথল অমদি মনিপুরগী প্রজাশিংনা যুবরাজ অসিবু শুনা তৌজবা রারমশিং অসি পল্লহনা স্যার জোন্না

হায়রি ; 'টীকেন্দ্রজিৎকুম্বা মীওইদি ব্রিটীশনা লৌশিন্নগে হায়মা খল্লবা লৈবাক অমদা পোল্লকপা হায়বসি মতম অহৌগী ভারত সরকারনা খাংবা থক ওন্নরোই।" "সরকার হায়বা অসিমক্তব্ মনিং মথা ভয়া লৈজবা পাম্বা মীওই অমদি মশাগী মতিক মথোৌনা লৈবা মীওইশিংবু্দি মতম পুম্নমক্তা ভুক্কচনা থল্লি। মরিল য়াওদবা, মপূক ফবা. মীগী মপান ভাংবা পাম্বা মীওইশিংবু্দি মতম পুম্নমক্তা নুংশিনা য়েংই অমদি মথোন্নব্ শৌপনবশু হোংনে" মহাক্না মথা ভারম্মী। "য়াকম অসিদি অনৌবা ওইনা সাহেবশিংনা পুথোরকপা নত্তে। য়াম্না কুইনা চংদরকবা য়াক্লি। হৌজিক্কী মতম অসিদদি কা হেন্না য়াংখৎলকপা উজাওশিংবু হেক্তুমক ককথৎলবা ঐথোয়দা হোৎনদ্রবশু ঐথোয়না খুদোংথীবা পীরক্কদবা মচিম ভুমখৎলকপা মীওইশিংবুদি লৈবাক মচা ভাবা মওংনি হায়জিনবা য়াবা উপাই শীজিন্নদ্রনা মরা ফাওবা ফুক্তৎনবা হোৎনদবা নত্তে।"

অওয়া, মাইকৈ খুদিংদগী নৈনরবা মতুংদা মনিপুরগী মহারাজ, মনাও ইবুংঙোশিং অমদি অঙম-অথোইশিংগী মথক্তা সাহেবনা বিচার তৌখিবা অসিদি পীনিংলিবা দন্দি হান্না লেপথোক্লপা কোন্না বিচার অহক তৌশিন্নখিবনি। মরম অহুনা বিচারনি হায়হুনা তৌখ্রিবা অসি বিচার কৌবদা মতিক চাদে। মরম অসি লৈবদগী মনমোহন ঘোষনা অওয়া হায় : "স্পেসিয়েল ত্রিবুনেল অসি শাখিব্রা মীওইশিংগী মওল নৈনরূরগা অমদি বিচার তৌখিব্রা অসিদা চৎথখিব্রা মওং অসিগা য়েংলুরগদি, সাহেবকী লৈবাক্তা লৈবা তোম্নবদগী তোম্নবা প্রজা অমনা, ফংজকম থোকপা অচান-মিরাই য়াওদ্রবা বিচার মতৌ অহু ফাওবা মঙিং তম্লিবা মনিপুর লৈবাক্কী মহারাজ, মহাক্কী মনাও ইবুংঙোশিং অমদি মহাক্কী অঙম অথোইশিংনা ত্রিবুনেল অসিনা তৌখিব্রা বিচার অসিদগীদি ফংখিদে।"

মনিপুরগী মহারাজনচিংবগী মথক্তা ভারত সরকারনা তাখিবা রায় অসিগী পাও অশেংবা মরোল শুনরকপদা আসাম অমদি বেঙোলদা লৈবা মীপুম অয়াম্বগী থম্মোয়দা পেন্দবা য়াকম কয়া পোক্লরকখি।

সাহেবশিংবু হেন্না হেন্না তুকচবগু হেনগৎখি। ভোখ্রিবা বিচার অসিগী মরোল ময়াম মুন্না নৈনজনা য়েংলগা কেপটেন হিয়াসে'না অগুম্না হায়; "মরোল নৈরে হায়না বিচার ভোখ্রিবা মণিপুরগী মহারাজ অমদি মনাও ইবুংঙোনচিংবশিংগী বিচার অসি ভারত্তা ঙসি ফাওবদা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা, খুইদগী ফাগী মাল্লবা বিচার অমনি।" "ব্রিটিশ হায়বা জাতি অসিনা পৃথিবীগী খুইদগী চাওখংলব। জাতি অমনি হায়না চাওখোকচরিবা অসি হন্দক ভারত সরকারনা মনিপুরগী মহারাজল-চিংবগী বিচারদা ভ্যাখ্রিবা রায় অসিনা ওনবা ভারবদি, ঐহাক্না অশেংবা ইংরেজ জাতি ওইরমদগুনা এংগ্লোইন্দিয়ান ওইরম্বা অসি ইরাইবক নৈ" হায়রখি।

# করম্না অথোৌবশিংগী নীংশিং নুমিৎ ওইখি



মহারাজ কুলচন্দ্র অমদি মনাও ইবুংঙো অঙোসনানচিংবা মনিপুরগী অওবশিংবু কালাপানিদা থাখিবা অমদি যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎনচিংবা অথোৌবা মঙানা কৈদাবু কাথিরম্বগী কাওতমদ্রবা থোদোকশিং অসিবু মীথাদি পোল্লবা মনিপুরবুদি নুংশিজবা লৈবাক অসিগী মীওইশিংমা কাওগে থনবা থক ওমখিদে। অতুম ওইহনস্ত অনোৌবা লাকপা সাহেব-শিংবু কিখিবনা, অথোৌবশিং অসিবু ফাঁসি তৌহনা হাংখিবা নুমিৎ আগষ্টকী তাং ১৩ লাকপা খুদোংগাদি মীমাং থোক্লমা মথোয়গীদমক্তা পিরাং শিন্দুহনা কপচবা কাওবদি ওমখিদে। মরেবাকপু নুংশিজবা মীওইশিংগী অমুক্তা মরাইবক থৌরিবদি মানাই ওইরবা লৈবাক মনি-পুরগী নিংথৌ ওইহন্নবনি হায়রহনা মথোয়না পামজবা মওংদা সাহেবশিংনা মেয়ো কলেজদা মেত্তুনা শেমগ্রবা মনিপুরগী মহারাজ চুড়াচাঁন্দগী সনা হাক্তঙদি মথোয়গীদমক্তা মথরায় থাগ্রবা অথোৌবশিং অসিগী রারী রাথোং থরদং লৈজরম্বা অদু কাওবা মুথৎনবা শিনবা হোৌগ্রে। মরম অসিনা সনা চাক্তক অসিদদি খোংজোম লান্দা নুংশিগ্রবা অথোৌবশিংগী-দমক্তা খোংজোম তুরেল য়েৌনদে ইমুং মনুংগী মীওইশিং থম্না লক্তনা। ১৩ আগষ্টকী লাইবকস্ত অসি ২ডাই। যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ অমদি জেনেরেল থাঙালগী মচা মস্ত থরনা নুমিদাংরাইরমদা অথোৌবশিং অসিবু নীংশিংলগা লোম্না পীরাং থরদং শিন্দুজখিবা অসিনা লোইরে।

অনিগুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাওগী মতুংদগীদি রাথল্লোল অসি পুমহোং হোংলক্লে। সাহেবনা মনিপুরদগী চংগ্রবা মতমশিংদদি মনিপুরনা করম্না

সাহেবকী মীনাই ওইরক্লিবনো খিদোক্লনা য়েংনিংলক্নে। লৈবাক অসিগী মাংলমচংকী পুবারী কয়া খিদোক্লবা হৌরক্নে। অতয়া, মনিপুরগী কাও-থোকপিরুরবা ইতিহাসকী লমাই কয় হক্কংনা পারুব। মতমদদি অথোৌবশিং অশিনা লৈবাক অসিগীদমক কংথোকখিবশিং অহু তরং তয়্রংনা উবা ফংলক্নে। অথোৌবশিং অসিবু হেন্না হেন্না নুংশিবা পোক্লকই। মরম অসিদগী খোংজোম নুমিৎ অমদি ১৩ আগষ্টকী নুমিৎশিবু হেন্না হেন্না ইকাই খুম্নিংলকই। লোইননা নুমিৎ অসি পাওথোক্লবা হোংনবদা মহৌশাগী তরক তরকপা শকম অহু মাওঙ্গে। মী খিনবা অতম অতম য়েনগংলকই।

অহোংবা অসিমা মনিপুরদা হেক লাকপদগীদি মীওই কয়া কয়ানা অমদি ফাংলুপ কয়া কয়ানা ১৩ আগষ্টপু মপান কাংজৈবুংদা বীর টীকেন্দ্রজিৎ ফাঁসি তৌহনা হাংখিবা নুমিৎ ওইনা পাংথোকপা হৌরক্নে। অতয়া চহি কয়া পাওথোরক্লবগী মতুংদা পান মনিপুরী মুথ লীগনা ইম্ফাল হেক হানবা ওইনা হৌজিক্কী টীকেন্দ্রজিৎ পার্ক অসিদা ফাঁসিগী মপাই শাহনা থৌরী মণ্ডাপগী কোংগোই শেমলগা ১৩ আগষ্টপু অথো-বশিংগী নীংশিং নুমিৎ হায়না পাওথোকপা হৌই। লীগ অসিনা থৌরী মণ্ডা পুথোরকপা অসিদা মীয়াম পুম্নমক ওকুখি, লাওনরকপা য়াওই, "কবিগী থৌরী মণ্ডা !!" "জাতিগী ইতিহাসপু সেয়ামনা লমজিংবিগ দৌরিবরা ? অসিনচিংবা। লোয়ননা নুমিৎ অসিবু যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ অমদি জেনেরেল থাঙ্গালগী ওইহন্দনা "অথোৌবশিং পুম্নমকো" কয়বা অথোৌবশিং পুম্নমকোনো হায়বন্ন মনিপুরগী মনিং তম্বা তাক্লবা হোংব-বদা নুংশিগ্রবশিং অহুব্ন নীংশিংবা ওইনা "অথোৌবশিংগী নীংশিং নুমিৎ" হায়না পাওথোকপা হৌই। মতাং অসিদা পান মনিপুরী মুথ লীগনা থাজখিবদি, ডাঃ কমলগী য়াথল, মহাক্না শৈরেং ওইনা ফোংদোকখিবা—

"ইতিহাসতা নীংথানরিবা
অকল অথোৌশিংহুদগী
থোইনা হেন্না কনথোরবা

কেমগ্রে থংহো উহৌদনা।
জাতিগী ইতিহাস হাঙৈবসে
মিৎনা উহৌবা, নাকোংনা তাহৌবা
মরিক চুম্না ইবতনি রারৌ থরা।"

অসিনি। চুম্না খনখি—মরৈবাক্কী নীংতম্বা অতৃ ভারবা হোৎনবদা মথাই থাম্বিবসিবু যুবরাজ টীকেন্দ্রজিৎ অমদি জেনেরেল থাঙ্গালদরা? রাখল অসিনা লমজিংলগা ইতিহাসকী চেনা হাম্লগৎতুনা য়েংলুবদা নীরঞ্জন সুবেদার, কাজাও অমদি চরাই থাঙ্গাল চোংথোরকখি। মরম অসিদগীনি থৌরী মঙা শেমখ্রিবা।

অশুম্না পাঙথোকখিবা থৌরম অসিনা ১৩ আগষ্টপু মপুং ফাবা ছুটি ওইহনবিনবা মতম অৎগী সরকারগা তকখি। রাফম অসি অল মনিপুর ষ্টুডেন্টস ইউনিয়নশু চুম্মী হায়না লোদ্নুনা সরকারদা কন্না তকখি।

খৃঃ ১৯৭২ গী আগষ্ট তাং ১৩ লাক্লে। চহি অসিদদি মনিপুর মপুং ফারবা ষ্টেট ওইরে। মরম অদুনা মপুং ফারবা ষ্টেট অসিগী চিফ মিনিষ্টর অহানবা ওইখিবা মহম্মদ আলিমউদ্দিনবু নুমিৎ অসিগী অথোইবা অতিথী ওইবিনবা পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা বার্তন তৌখি। অদুবু মতম অৎগী আইঃ জিঃ পীঃ ওইরম্বা মদন গোপাল সিংহনা পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা শীনবা থৌরম অসিদা য়াওবিরুগনু হায়না য়াওহন্দনবা কন্না হোৎনখি। অদুবু, পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা ওমদুনা মহম্মদ আলিম উদ্দিন্না অথোইবা অতিথী ওইদুনা চহি অসিগী অথোবশিংগী নীংশিং নুমিৎ অসি পাঙথোকখি। মহাক্কী ভাষন্দা, ১৩ আগষ্টপু ষ্টেট ফংসন ওইহনগনি অমদি মপুং ফানা থারবা ছুটি ওইহনগনি হায়না চিফ মিনিষ্টর অসিনা লাওথোকপীখিবদগী মথংগী চহিগী হায়বদি খৃঃ ১৯৭৩ গী অথোবশিংগী নীংশিং নুমিৎ পাঙথোকপদগীদি নুমিৎ অসি ছুটি থাদুনা ষ্টেট ফংসন ওইখ্রে।

খৃঃ ১৯৭৩ অসিগী থৌরমদা অথোইবা অতিথী ওইখিবা মনিপুরগী গভর্ণর শ্রীললাল প্রসাদ সিংহনা অথোবশিং অসিনা মরৈবাক্কীদমক কৎথোকখিবা অসি নীংশিংনবা অথোবশিংগী নীংশিং য়ুম্বী অমা শানবগী

যাত্রা ছুনখি। ঙসিদি নীংশিং য়ুম্বী অসি শাবা লোইরক্লনা লৈবাক অসিগী মরৈবাকপু নুংশিজবা মীয়ামগী মমাংদা মথোয়গীদমক অথোবশিং অসিনা থম্বাই কংথোকখিবা অত্থু মতম পুম্নমক্তা নীংশিংহন্দুনা লৈরে। মরম অসিদগীনি ১৩ আগষ্ট ১৮৯১ বু অথোবশিংগী নীংশিং নুমিৎ হায়না মনিপুরদতা নত্তনা ভারত অমদি বঙ্গালা দেশনচিংবা লৈবাক্তা লৈবা মনিপুরীশিং পুম্নমক্কা ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা পাংথোক্লিবা। নুমিৎ থানা লৈরিবমথৈ, মনিপুরী জাতিনা হিংলিবমখৈদি নুমিৎ অসিবু মীপুম খুদিংমক্কা নীংশিংহুনা অশুম্নক লৈথ্রগনি। লোইননা, ঙসি হোংলক্লিবা পৃথিবীগী য়াওল অসি য়েংলুরগনা নুমিৎ অসিবু লোইলম শন্দোক্লিংবগী রাখল লৈরিবা লৈবাকশিংগী মাইয়োক্তা লেপথিবা নুমিৎ ওইনা নীংশিংনহৌরগনি।

